# ঢস'ঙ্গী
# থৱায়মি

লিশম রবীন্দ্র




Manipur Library Association

ꯊꯋꯥꯏꯃꯤ

**Thawaimi**
(A collection of poems in Manipuri)
by Lisam Rabindra

Published by **Tamphasana Khumukcham**
**on behalf of the Manipur Library Association - 2010**

First Publication September, 2010

No of copies 500

ISBN 978-81-909699-2-5



Typeset by Akoijam Jackey
Cover designed by Akoijam Jackson

***Printed at*** Diginet Offset Printers,
Thongju Boroi Makhong, Canchipur-795003

Price-Rs 95

কচচরি

তাইবংপান মপুগী খুয়াখাদা
নোল্লুক্লা।

জুন ১৮ গী
ইমালৈবাক নীংবশিং-

মণিকান্ত জিবন কামেশ্বব
নিশিকান্ত ললিত বাজেন
শুবচন্দ দত্ত বোমিও
ননাউচা ব্রিলশন সিংহজিৎ
গুনেশ্বর বীবেন্দ তম্ফাসনা
বাজকুমাব ভবত বামানন্দ

নফমদা নোল্লুক্লা
অচম্বা শৈবেং খবদংসি
কচচবি।
খুকুমজবি
ইমা ইপা অনীমকপু
নুংশিনা।




ꯃꯅꯤꯄꯨꯔ ꯂꯥꯏꯕ꯭ꯔꯦꯔꯤ ꯑꯦꯁꯣꯁꯤꯌꯦꯁꯟ

MANIPUR LIBRARY ASSOCIATION

Regd No 67 of 1987

Head Office STATE CENTRAL LIBRARY OLD COMPLEX, IMPHAL 795001 MANIPUR

E-mail malaimphal1987@gmail com


# জেনেরেল সেক্রেটরীগী ৱারোল

ইং কুমজা ১৯৮৭ কী মে ২৪ দা লিংখৎখিবা মণিপুব লাইব্রেবী এসোসিএসন (মালা) না মসিগী থা অহুম অহুমগী ওইনা পুথোকপা "লাইব্রেবীগী ঈহৌ" চেফোংগী অপুনবা ভোল্যুম অমা ইং কুমজা ১৯৮৯ দা লাইবিক ওইনা পুথোক্লকপদগী পুন্না লাইবিক ১৯ ফোংখ্রবা মতুংদা ২০ শুবা লাইবিক ওইননি পুথোকচবিবা শ্রী লিশম ববীন্দ্রগী "থৱাযমি" - মণিপুবী শৈবেং ৩৫ গী খোমজিনবা লাইবিক। মালাগী ২৬ শুবা মপোক কুমওন থৌবমগা ঈবোযননা "বুক ফোব পিস এন্দ ইন্তিগ্রিটি" হাযবা থীমদা চহি অমা চুপ্পা চখগদবা "লাইবিক্কী চহি" হৌদোকপগী থৌবমদা চহিসিগী মে ২৪ দা ফোংখিবা এল সি ললহানবগী "লংদাই" গী হেক মথঙদা পুথোকপা অনিশুবা শৈবেংগী লাইবিক্লি। ইন্টবনেসনেল আই এস বি এন এজেন্সিনা শঙ খঙবীববা অফোংলুপ অমা ওইববা মালাগীদমক তশ্ফাম্না খুমুকচমনা ফেংদোকপীবিবা কবি ববীন্দ্রগী "থৱাযমি" দা যাওবিবা শৈবেংশিংদা তোপ তোপ্পা মহাও কযা অপাবশিংদা পিবা ঙমহল্লি। অচম্বা লোন্দাদা ইবা শৈবেংশিংনা অযাম্বা ওইনা তৌই। অপাবশিংদা লাযনা ভাব তাহন্বগা লোয়ননা শৈবেংশিংবু হৌবদগী লোইদ্রিফাওবা পানিংবগী ঈথিল পোকহল্লি। মসিমক মণিপুবী সাহিত্যগী তাইবংদা নৌনা খোংদাবীবক্লিবা মীশক অমা ওইববসু অচুম্বা ফীবেপতা ৱাখল মপুং ফাববা কবিগী অচৌবা মগুন অমনি। কবিনা হকচাং নাদ যেক্তনা পুন্সি নুংশাংনা হিংদুনা অনৌ অনৌবা শৈবেং কযা ইবিবক্তুনা মীযামদা খুদোল তৌবিবকপা ওইসনু হাযনা তাইবং মপুংদা থৌনিজবি।

ইম্ফাল, সেপ্তেম্বব ১০, ২০১০

- সি ঐচ ইবোহল সিংহ

# ৱাহৈ খরদং

হৌজিক্কী তঙদু- লৈত্রাদ্রবা, চবাঙনববা, মীহাৎ- মীপুন, হিংসা, বন্দ ব্রোকেন্দ, শেনজা থুমজানা থল্লবা মতম অসিদা লিশম ববীন্দ্রগী শৈবেং পাক্ন্বদা যাম্না নুংঙাইবা অমা ফাওই। মাগী শৈবেংদি ইচম চম্মী, থাযনগী খুৎই ষ্টাইলদা ইজবা শৈবেংশিংনি। অচম্বা মীৎযেংনি, নুংশিবা ৱাবীনি। যাম্না চম্না, নুংশিনা থম্মোয়দা ফাওবকপা খবা পাউদমজবনি। মাগী অচম্বা শৈবেংশিং অসিদা, মমুন ফাববা উহৈগুম, মমুন ফাববা কবিগী এক্সপিবিযেন্সতগী থোক্লকপা, লৌশিংনা থল্লবা অচুম্বা ৱাবোল যাওবা থেংনৈ। পূকচেল শেংনা হাযবা ঙম্মী অফবা অথীবা, অচুম্বা অবানবগী মশকশিং মচা তানা উৎপা ঙম্মী। মসিগা লোযননা মতম অসিগী মৈ হৌনা শাববা ঈবাং, তঙদু লৈত্রাদ্রবা পুন্সিগী মশক অসিদা পেন্দবা ফোঙদোকপা খোল্লাউ খবসু তাবা ফংই।

লাইবিক অসিগী থোইদোকপা মগুন অমদি লাইবিক অসিদা মৈতৈগী থাযনগী ৱাবী, লেজেন্দশিংদা যুম্ফম ওইবগা ইবা শৈবেং খবা যাওবি। মখোযদুদি "লৌকোয পাৎকী পাৎনুংদা", "নোঙ্গৌবী", "সন্দ্রেম্বী", "থোইবী লোই অমুকশু থাবা", "চীংনুংহুৎ", "পামেল চিতেবু কাজি", "ৱাইথৌ শগোল" অসিনচিংবা। হাযবিবা শৈবেংশিং অসিদা কবিনা থাযনগী ফজবা, অৱাংবা ভেল্যু, নীতিজ্ঞান কযাবু মাযখূম হাংদোক্লকই। ঈশ্ববগী খূৎশেমগী ফজবা, মতীক- মগুন, অচুম্বা বিচাববু থাজবগা লোযননা ৱাংনা থাঙ্গৎলি। মবৈবাক, মজাতিবু নুংশিজবা কবি অসিনা, থাযনগী ৱাবী শিংবুল, কাউবগী ঈবোন্নুংদা লূপত্নবা পুৱাবীগী লেঙদ্রবা ফজবশিং অদুবু অমুক নৌহৌনা নীংশিংহল্লি।

কবিগী মীৎযেংদি অপাকপনি। আশানা থল্লবা মঙালগী মীৎযেংনি। পাবা যাবা, পাবদা নুংশিবা শৈবেংশিংনি।

ইম্ফাল,
জুলাই ০৫, ২০১০

প্রো. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
*সভাপতি,*
*মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,*
*ইম্ফাল*

# ৱাহৈ অমা- অনিদং

শ্রী লিশম ৱবীন্দ্রগী শৈবেং লাইৱিক "থৱাযমি" নৈনৱবদা পুক্রিংদা বহস্য অমদি আধ্যাত্মিক্কী ওইবা ৱাখল ইখিল কয়া ফা ওবকই। পাউখুম ফংলবোইদবা ৱাহং কয়া মথং মথং হংলকই। মবেক মহাও য়াওদ- হিংবগী, পুন্সিগী চৈথেং- চৈনা কয়া মতম মতমগী ঈবোন্নুংদা লুপখ্রগদবা ওইববসু, অৱা নুংঙাই, অফ- ফত্ত ৱাবী কয়া পুদুনা লেপ্পা নাইদনা ৱাকৎফম লৈত সমাজগী ঈচেন্না পুথদুনা অসুম চংখিদুনা, লাক্কদবা তুংগী অফবা সমাজগী মপোক মীবোন্দ হংবা ৱাহং কয়া অমা অইবগী শৈবেংশিংসিনা হংলি।

হিংলিবা অমসুং হৌখ্রবা পুন্সিগা মবী লৈননা নুংশি চান্নবগী ফিজং মকমদা মনুং মপান নাইবা সমাজগী পুন্সি মবক্তা অইবনা কবিগুন্না খবা থিবি। থিবিবদুদি অচুম্বনি, অশেংবনি, মঙান্দুনি- শুক্র মন্নবা লম্ফাংলবা, নান্নবা পুন্সিগী চৈত্ত ওইনবা। সমাজগী পুন্সি মবক্তা আধ্যাত্মিক্কী ইচেল চেলহন্নিংই অইবনা। ইমা লৈবাক্কী নুংশি- শৈথা শৈশক সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা অইবগী শৈবেংশিংনা কাচিন- যৌনা সমাজগী পুন্সিগা মবী লৈননা যেক্রবা হোৎনৈ।

লমদমসিদা হিংলিবা নাগবিক অমা ওইনা অইবগী পুক্রিংদা পেন্দবগী, খোইশাউনবগী, পাঙ্গল থোকপা ঙমদবগী চৈনা কয়া ফাওই অমসুং ফোংদোকই। চিনগা খুৎকা মান্নদ্রবা সমাজসিদা ৱাকৎফম লৈতবনা অইবনা স্বগগী অইংবা, অচান- মীবাই লৈতবা মফমদুদা লৈনিংই, হিংনিংই - অইবগী শৈবেং " ইচাগী জগোয" না মপুং ফানা ফোংদোকই।

অইবনা থিবিবসি অচুম্বদুনি, মঙালদুনি, ফজবদুনি - অসুম্না শৈথাবি, " মহৌশানা ফজবিবসি- অচুম্বনা থৱাই ওইবি, তাইবংপান্না হিংলিবসি- অচুম্বগী মপান্ননি "। (শৈবেং- " ঙাইজবি ")

সাহিত্যগী লম্বীদা কন্না খোঙদাকদ্রবসু লাইব্রেবীগী শিনফমদা লৈজকবনা সাহিত্যগী মন্দিবদা খুদোল তৌবকপা লৈচল খুদিংগী নুংশিবা মনম ইশাদা ফাওই, নৈননিংই, লোইননিংই।

মীওইপোক্তা তিল্লববা ঐখোয় ঙম্নমক ইচিল ইনাওনি, অমত্তনি। " য়েলহৌমী ঐখোয় মখৈসি - ইচীল ইনাও ঙাক্তনি- পূন্না খুন্থোকমিন্নবকখি- পুন্নপ লাকমিন্নখি হায "। ( শৈবেং- " পামেল চিতেবু কাজি ")। অমুকসু চীংনুংহৎ শৈবেংদা অসুম্না শৈথাবি- " ইমা লৈবাক্কীদমক - ঐখোযনী অমত্তা ওইনা- চেনমিন্নবসি ঈচেলসি- নশাদা ইশা তিনজবগে- ঈশিং চিথমিন্নবসি "।

অশেংবা নুংশিবগী ইথক ইপোমদা ইচা মীচা খাযদবনি উৎনিংই অইবনা। "মীচা নুংশিবা" শৈবেংদা অসুম্না পল্লি - "ইচা নুংশিবা থুংবদা - মীচা নুংশিবশু থুংখি- মীপূম খুদিং থুংখিবনি - অমত্তা চিংথ নাম্থদনা"।

অহল ওইবক্লবা মতমদা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈচল ওইনা-শৈবেং লাইবিক "থরাযমি" খুদোল তম্বিবকপা থাগৎনিঙাইনি। লেমহৌবিবা পুন্সিদা সাহিত্যগী খুদোল হেন্না তৌবিবম্বা ওম্বা শীনবিনবা ঈশ্বরগী মফমদা নিজবি।

১০।০৭।২০১০

ডা. নাওবেম গিবিধাবী সিংহ
প্রসিডেন্ট, বঙ্গনাথন সোসাইয়তি ফোব বুক কলচব,
লাইব্রেবী অমসুং ইনফোর্মেতিক্স ষ্টডিজ।
এন ই চেপটব, ইম্ফাল

# অইবগী ৱাহৈ অমত্তং

খোমজিনবা শৈবেংশিংগী লাইবিক মচা "থৱাযমি" অসি অমুক্তং যেংশিনবিনবা অমদি ৱাহৈ অমা'নীদং ইবিবক্লবা হাযজকব্দা, ঐনা যাম্না ইকাই খুম্নজবিবা প্রো নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ (সভাপতি.মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,ইম্ফাল) অমদি ডা নাওবেম গিবিধাবী সিংহ (প্রসিডেন্ট, বঙ্গনাথন সোসাইযতি ফোর বুক কলচর, লাইব্রেরী অমসুং ইনফোর্মেতিক্স ষ্টডিজ ,এন ই চেপটব, ইম্ফাল) ওজা অনীসিনা, সাহিত্যগী লমদা নৌনা খোঙদাজবক্লিবা ঐবু হবাও হবাও তৌবিবকপা অমদি পুক্নীং থৌগৎপিবকপা অসিমক ওজা অনীসিগী মণিপুরী সাহিত্যদা পুক্নীং লুপ্নিবগী গুন অদু মযেক শেংনা উৎপিবকপনি। ওজা অনীনা লাইবিক অসিগী মবমদা ইবিবকপা মবীক চুন্নবা বাবেংশিং অসি ইবং লংবা ৱাহৈগী থবানমিচাকশিংনা পীক থল্লি। মসি উবদা ঐদি হাযকম খঙদনা অঙকপা পোকই।

মসিগীদমক ওজা অনীগী মফমদা শিংবা ঙন্নবোইদবা লমন তোনশিঞ্জবে। ওজা অনীবু হন্না হন্না থাগৎচবি।

শৈবেং "পামেল চিতেবু কাজি" গী মতাংদা, মফমদুমক্তদা চৎমিন্নদুনা তেংবাঙবিখিবা পুকচেল শেংম্রবা ওজা শ্রী ঙাইনো লোবহো অমদি মাগী মকপ শ্রী থিংবাইজম মতুম অনীবু হন্না হন্না থাগৎচবি। মখোযনীগী মফমদা লমন যাম্না তেনশিঞ্জবে।

লাইবিক অসি পুথোক্লবগীদমক থৱায যাওনা হোৎনবিখিবা শ্রী নোংমাইথেম ইবোচা অমসুং খবিবম চন্দ্রপ্রকাশ অনীবু থাগৎচবি।

লাইবিক অসিবু কমপ্যুটরদা পুক্নীং হকচাং লুপশীনবিদুনা নম্বিখিবা অকোইজম জেকি অমসুং মখুম যেকপিখিবা ইনখৎলক্লিবা আর্টিষ্ট অকোইজম জেকশন অনীবুসু হন্না হন্না থাগৎচবি।

লাইবিক অসিবু ফোঙবিবিবা অমসুং ISBN পীবিবিবা Manipur Library Association বু ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচবি। অবোইবদা, ডিজিনেট ওফসেট প্রিন্টর্সকী ষ্টাফশিংগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

পুন্নমকপু খুকমজবি।

১৫।০৯।২০১০

লিশম ৰবীন্দ্ৰ

# য়াওরিবশিং

১

## ক্রোশ উরুবদা

॥১॥

ইবুংঙো যীশুগী মোল্লবা খুৎ অনী
য়োংশী থাজিনখি উগী ক্রোশতা
মীওইবা ঐগী তমথীবা খুৎসিনা
ইবুংঙো যীশুনা মীনুংশি য়েল্লুবগী।

॥২॥

ইবুংঙো যীশুগী শেংলবা খোঙ অনী
য়োংশী থাজিনখি উগী ক্রোশতা
মীনুংশি খঙদবা মীওইবা ঐনা
ইবুংঙো যীশুনা মীওইবা নুংশিবগী।

॥৩॥

ইবুংঙো যীশুদি চৈনা খাঙন-খাঙনা
নুংশিবিখি হেন্নদুম মীওইবা ঐবু
নুংশিবিখি মীওইবা অপঙবা ঐবু
খঙদদুনা তৌবনি ঙাকপিবে হায়না।

॥৪॥

ইবুংঙো যীশুনা খাঙবিখি ৱানা
খাঙঙমদ্রবা চৈনা ক্রোশকী মথক্তা
লৌথোকপিনবা তমথীবা ৱাখল
মীওইবা খুদিংগী থম্মোয়নুংদগী।

॥৫ ॥

হৌজিকশু খাঙবিরি ইবুংঙো যীশুনা
মীওইবা ঐবু মীনুংশি চেলহন্নবা
ক্রোশকী মথক্তা খাঙবিরি হৌজিকশু
মীওইবা ঐনা মীওইবা নুংশিনবা।

॥৬ ॥

অদুবু হৌজিকশু হাংলি মীওইবা ঐনা
মীথোই মীহেন লাঞ্জদবা কয়া
খল্লুবা তৌদনা ৱানা খাঙবিবিবা
ইবুংঙো যীশুনা ক্রোশকী মথক্তা।

॥৭ ॥

হাংলি তমথীনা মীওইবা ঐনা
পুকচেল চাউখ্রবা আব্রহম লিংকন
হাংলি তমথীনা মহাত্মা গান্ধী
খেন্নবা নাইদনা মীওইবা নুংশিকবগী।

॥৮ ॥

লাংলি মীওইবগী থম্মোয় খুদিংদা
আব্রহম লিংকনগী নুংশি শক্তম
শক্লবি মীওইবা ঐখোয়না নুংশিনা
মহাত্মা গান্ধীগী অহিংসা পাউজেল।

॥৯ ॥

মফম খুদিং থেংলিবা শেংলবা ক্রোশতগী
হৌজিকশু চুখৎপিবি ইবুংঙো যীশুনা
মীনুংশিগী মৈবা মীগী থম্মোয়দা
ঝিকথবি নুংশি অমৃত থম্মোয় খুদিংদা।

॥১০॥

অদুবু হৌজিকশু মীওইবা ঐনা
মীনুংশি খণ্ডদনা তমথীনা হাংলি
মরাল লৈজখিদ্রবা অণ্ডাং ফাও খাক্তনা
মফম খুদিংদা থেংলিবা ক্রোশসি থৌশাদনা।

॥১১॥

মরাল লৈজখিদ্রবী পিক্লিবী নুপীমচা
পাম্মুরবী নুংশিবী লুংনিলা ইলিজবেথ
ময়া ফিবুল নমদুনা ফাবিখি
মীনুংশি খণ্ডদবা মীওইবা ঐনা।

॥১২॥

ক্ষুলগী লম্বীদৈ নমদুনা ফাবিখি
মপাদৈ শেল নমদুনা লৌদৌগী
লাঞ্জদবী অণ্ডাংদো হাংখি তমথীনা
মীয়াম মাণ্ডদা হন্দোকই য়েংহৈদনা।

॥১৩॥

চুখংলকই লুংনিলানা নুংশিবগী মৈরা
খিকথবকই লুংনিলানা মীনুংশিগী অমৃত
মীওইবা পুম্নমক্কী থম্মোয় খুদিংদা
ইবুংঙো যীশুগী ক্রোশনা তৌবগুম।

॥১৪॥

লৈবাক হুপ্না কপ্পরি লুংনিলা কৌদুনা
ইবুংঙো যীশুগী ক্রোশশু য়াওনা
মিংকী শিরাংনা শেংদোক্লে মালেমসে
লুংনিলানা চামথোক্লে মীওইবা ঐখোয়বু।

॥১৫॥

মদুগীদমক কৎখি লুৎনিলানা পুক্তি
মালেমসি নুংশিবনা থলহন্নবা
লৈহৌরনি লুংনিলাগী নুংশিবা শক্তম
ইবুংঙো যীশুগী ক্রোশসি উবিমখৈ।

॥১৬॥

অদুবু হৌজিকশু তমথীনা হাৎলি
লাঞ্জদবা কয়া মীওইবা ঐনা
মালেম অসি ঙসিতা মকোক্তে হৌবগুম
ক্রোশকী ৰাবীসে শুক্লে লৈতগুম।

॥১৭॥

মবাল লৈজখিদ্রবা অঙাং অনী
মোহিনি মাবটিন হ্যনি হ্যবার্ট
শেলগী ফাবগা হাৎলি মীওইবা ঐনা
শব্দপোলাং ওইনা ফংহল্লি মীয়াম মাঙদা।

॥১৮॥

মাবটিন হ্যবার্ট অনীনা চূখৎলকই
নুংশিবগী মৈবা মফম খুদিংদা
খিকথবকই মীনুংশিগী নুংশিববা চন্দন
তাইবং মীওইবগী থম্মোয় খুদিংদা।

॥১৯॥

লৈহৌরনি মাবটিন হ্যবার্ট অনীবু নুংশিবসি
মীওইবা পুম্নমক্কী থম্মোয় খুদিংদা
ইবুংঙো যীশু খৃষ্টনা হিংলিবা মখৈ
ইবুংঙো যীশুগী ক্রোশসি উরিমখৈ।

॥২০॥

হৌজিকশু হাৎলি মীওইবা ঐনা
ওম্মোক্লা তমথীনা, মীথোই মীহেন
কিষন তোকেন রাজেন
মফম খুদিংদা থেৎলিবা ক্রোশসি থৌশাদনা।

॥২১॥

তমথীনা হাৎলি মখোয় অহমবু
মীওইবা নুংশিজরুবগীদমক
ইবুংঙো যীশুগী ফিদম খবদং
ঙাক্লা চৎচরুবগীদমক।

॥২২॥

কপ্পুবি মীয়াম্না থম্মোয় কায়না
কিষন তোকেন বাজেন কৌদুনা
চুখৎলক্লি মীনুংশিগী অবংবা মঙাল
মীপূম খুদিংগী থম্মোয়দা মখোয় অহুম্না।

॥২৩॥

লৈহৌরনি কিষন তোকেন বাজেন
মখোয় অহমবু নুংশিবসি মীওইবনা
ইবুংঙো যীশু খৃষ্টনা হিংলিবা মখৈ
ইবুংঙো যীশুগী ক্রোশসি উবিমখৈ।

॥২৪॥

হৌজিশু খাঙবিরি ইবুংঙো যীশুনা
মফম খুদিংদা থেৎলিবা ক্রোশকী মথক্তা
খাঙশুমদ্রবা চৈথেংগী অবাবা চৈনা
ইন্দবসিগী ঐখোয়না মহাক্কী পাউজেল-

॥২৫॥

" ঐনা নখোয়বু নুংশিরিসিঙুম
নখোয়গু অমগা অমগা নুংশিনৌকো"
মুৎলরোইদবা অমৃত পাউজেল
খিকথবিরি ক্রোশ মথক্তগী হৌজিকগু ।□

(১৫ মার্চ, ২০০১)

## ২

## তরামরিগী ৱাশক

॥১॥

নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা
শগোল লাম্থী শজু অমা
শগোল খুরুপ থৌবকপগী
মখোল অমা লূম্না তাখি।

॥২॥

অশুম নকশীল্লজুনা
মখোল অদু লূমশীল্লকই,
লৌকোয় পাৎসি য়ৌবকপদা
মখোল অদু চপ লেপখি।

॥৩॥

মহৈ মহৈ কুমথরগা
পংতি নাইনা পরেং লেংখি
পাংশান লমপাক ময়ায়দুদা
নুপী নুপা খায়দোজুনা।

।।৪ ।।
মমাঙথংবা তরামবি
পাখং তবেং নৈশাবী তবেং
লাম্মীগী গপ গপ খোঙথাংদা
প্রপ প্রপ চঙশীন্নবকই।

।।৫ ।।
চপ লেপখবে পাংপান্দা
ফজস্ত্রেদা লেমস্ত্রেদা
লাম্লোই পাখং তবেংমক
খুদুপ মঙা কন্না বাংঙি।

।।৬ ।।
নৈশাবীশিংনা মবি মখায়
লানগী ফিজোল লোইনা শেংলি
মীওই মীতৌ ফজস্ত্রেদা
মতৌ লাংওন অমনি।

।।৭ ।।
নৈশাবীশিংনা ফজবসি
অদুঙৈদা পুবেম্ববু
খুর্জি ফানা থংখিবী
অবাইনৈমা অদুমক্কি ।।

।।৮ ।।
থোইবীনা শগোল থৌগুম্মী
ফজস্ত্রেদা কনস্ত্রেদা
গপ গপ খোঙথাংশিংদুনা
অবেপ্পা ফিরেপ উংলকই।

।৯ ॥

লুহংপ মিংখন মখাদুদা
মমিং মনা চায়রুঙশিংদো
পাইশিনগদৌ ভৈরেঙশমী
লীরুং শিঙম অনীদগী।

॥১০॥

চোংশিন্নীংবা কিবিদবা
লৈজবী থাবা পুকচেল লেপ্পা
পুন্নপ তাশীন্নরবা
লিকং তেঙ্গা থোংবগুশ্মী।

॥১১॥

লৌকোয় পাংকী পাংপান্দুদা
মখোয় তবামবিদু
পবেং শানা লেপখবে
পাখং অমা লৈশাবী অমা।

॥১২॥

অমমম ওনশীন্নদুনা
অবংবা থাঙলেন শত্তোক্তুনা
থাঙ চিক্তুনা বাশক্লখি,
বাশক পন্দোল লোম্লখি।

॥১৩॥

" ঐখোয় ঙসি'ই নুমিৎসিদা
শেংলবা লৌকোয় পাৎসিদা
ইমা লৈবাক্কী মফমদা
থবায় হুকচাং কখোকচরে।'

॥১৪॥

" ঐখোয় নৈবাক্কীদমত্তা
নৈজ' পূন্না থাদোকচবে
হিংগনি ইমাগীদমক
ইমাদা লোইনা কখোকচবে।"

॥১৫॥

" ইমা'ই নাত্তা নত্তবশিং
ইমা'ই মিংদা লল্লোনবশিং
শেন্নগনি ফননবা
ঐখোয় ইমায় নৈজববোই।"

॥১৬॥

" মদু ঙমদ্রিবা মখৈদি,
য়ুম- কৌদা পাঙ্খিবোই
নুমিৎ থানা খঙবিসনু,
শবী পন্দোল লোমজবে।"

॥১৭॥

" মবক্তুদা ঐখোয় অমা
নৈখিদবা থোক্লবদি,
নৈহৌরিবা ঐহাক্তুদি
লুপ্পা- পান্না ওইবগনি।"

॥১৮॥

" শরী পন্দোল লোম্নজবে,
কচ্চরে ইমা লেবাত্তা;
অমম অঙান্না খঙবিসনু
লৌকোয় পাৎনা সাক্ষীনি।"

॥১৯॥

কনখ্রবা বাশক অসিবু
অমুক হেন্না চেৎশিনহনখি,
লৌকোয় পাৎকী শেংল' ঈশিং
মকোকথন্তা হাপকল্লুনা।

॥২০॥

ইমা নৈবাক চীন্না চুপখি,
অমম অঙাল খুকমজখি,
অদু'ই তুংদা চোংখৎখবে
লাঙ্গোই শগোল শয়াংথন্তা।

॥২১॥

নোংথাঙগুম্না থৌগৎখবে
মখোয় তবামরি অদু
শগোল লাম্মী মাঙদা থানা
মপোক অমা পোকখিগুম।

॥২২॥

" ইমা কবিদা শোয়খিগনি,
ইয়াম্বা ইপী মবন্তা
ইমা কাউবা য়াওববা
ইমা মীবায়বা য়াওবরা?"

॥২৩॥

কোয়চেন চেন্না শেম্নবিরি,
ইমা নৈবাক অপোকপীবু ।
ঙসিস্তু চেল্লি মখোয় লোইনা
অমম্তা তেক্ত কায়নদনা ।

।।২৪।।

ঙসি ফাওবা শেন্নবিরি
ময়ুম মকৈ পান্দ'মখৈ
ইমা'ই মচা অথোইবশিং
বাশক চেৎপা ভরামরি।□

(৩ এপ্রিল, ২০০৯)

৩

# লৌকোয পাৎকী পাৎনুংদা

।।১।।

লৌকোয় পাৎসি লৈশা পাৎনি
মবুং চীঙদুম অহয়া
ফুঙ্গা নুঙদুম শাদুনা
শঙঙিবনি ইকোয় কোয়না।

।।২।।

থাঙ্গজুনা থম্মিবনি
অচোইবা ঈশিং চঙদনবা
কেনা মৌনা য়োক্লিবীনি
অমত্তা পোকপী লাংলেনগুম্বা।

।।৩।।

পাৎসিগী পাৎনুংসিদা
কোবৌহনবৈ খুদোল নুঙ
লৈরিবনি ইরং-লংনা
লৈশেমঙৈদৈ ইরেঙ-লেঙদা।

॥৪ ॥

ঙকশ্লবদি ৱারীনিদা
নুংশিবনা থল্লবা
কোরৌ মালেম অনীনা
মীওইবগী তৌবিথিবে।

॥৫ ॥

মালেম লৈকোয় পুঙসিদা
তাইবং মীনা খুন্দাবসি
হৌজ কয়া শুখবে
মতম কয়া হৌখবে।

॥৬ ॥

খরা হেক মপান ফবকপদা
ফত্তবনা হেত্তনা হেঞ্জিল্লকখি,
মখোয় মশেল হাত্তোক্লে
তেঙ্গোল তেঙ্গোল শিমিন্নৈ।

॥৭ ॥

কৌবব পাণ্ডব তুম্মিন্নগুম
ঈনা লৌখোং ওইনা চেল্লি
মকোক্তংগী অমুক হৌই
অদুশু অদুই'দু মণ্ডায়।

॥৮ ॥

তাইবং মীদি য়েংথিননা
লমন খুন্নে লোইবা নাইদ
চক কয়া শুম্না হৌখি
ইমম মম্না অদুম লৈখি।

॥৯॥

ইমা মালেম লৈমদি
মচাশিংগী ৱাজখি
অময় অঙাল মপুদা
লৌশিং মঙাল নিবিখি।

॥১০॥

তাইবংপানবা মপুদা
খুকমজখি ইমানা
মীওইবগী ৱাখলদা
লৌশিং মঙাল পীবিনবা।

॥১১॥

" হো - মপু- ও তাইবংপানগী
মঙালগী মশক ওইবিবা
লৌশিং মঙাল পীনবিয়ু
হাৎন- শুন তোকখিনবা।"

॥১২॥

তাইবংপানগী মপুনা
কোরৌহনবদা শিন্নবে।
ইমা মালেম লৈমনা
কোরৌহনবা খুকমজৈ।

॥১৩॥

" য়োয়ময়াই তাউদন অঙানবা- ও !
মীনুংশিগী হৌবকফম - ও !
য়েলহৌঙৈদগী ঐহাক্তি
কোরৌ থৌগঙরিবনি।"

॥১৪॥

" ইচাশিংগী য়াইফনবা
মিকুপ খুদিং থৌগজরি
লৈন- লৈন কোয়জদুনা,
ইচাশিংসি নুংশিবিয়ু।"

॥১৫॥

" লৌশিং মঙাল শীনবিয়ু
খুকমজবি হন্না হন্না।"
কোবৌ পুক্লীং নুংঙনখবে,
থৌজাল্লগে লেপ্লিখবে।

॥১৬॥

থাজ সেনু পুকঈংবী
মপা য়ৌরক' তাঙ্গাদা
কোবৌহনবনা মশাদে
মণি খুদোপ পুথোবকই।

॥১৭॥

কোবৌগী নুংশি মঙাল পুবা
মণি মতুম পুথোক্লগা
মালেম লৈমা ইমাদা
মণি খুদোল তম্লকই।

॥১৮॥

" মসি'ই মণি মতুমসিগী
মীনুংশিগী মঙাল অসি
মপুক্লীংদা চিংশিনম্ল' মীদি
পুন্সিগী বাবা লৈররোই।"

॥১৯॥

" মসি'ই অরংবা মঙাল অসি
পায়মা নুংদা চিংশিল্ল'দি
অমম অঙাল উবক্কনি
অচুম অবান খঙলক্কনি।"

॥২০॥

" মণিসিগী মঙালসিনা
বাখল লৌশিং ঙাম্মোক্তুনা
নুংশি চান্না হিংলসনু
নুংঙাই য়াইফ ওইবসনু।"

॥২১॥

" মীওইববু নুংশিদুনা
অনী শুদ' মণি অসি
পীববনি মীওইবদা
লৌশিং মঙাল ফংননবা।"

॥২২॥

শুম্না থাদবিবকখিবা
কোবৌহনবৈ মণি মতুম
ওকখি মালেম ইমানা
মচাশিংগীদমক্তনা।

॥২৩॥

মণি ওকখি' মফমদু
লৌকোয় পাৎসি ওইখবে,
মবুং চীংদুম অহৃমগা
পূন্না ওইখি অশুম্না।

||২৪ ||

হৌজিকশু মণি মতুমদু
লৈরি লৌকোয় পাৎনুংসিদা।
মণিদুগী মশেক অমা
কোবৌগীদা থমহৌবনি।

||২৫ ||

থাজনা কোরৌ মপাদা
য়ৌবক- য়ৌবক তাগ্রাদা
হেক হেক পুথোবক্রবা
মালেম পৃম্বা উননবা।□

(২০ ওগষ্ট, ২০০৯)

৪

# তোংজৈ মরীন্দা

॥১॥

খাঙবা য়াবা খাঙল' তুংদা
লাঞ্জেল্লিবা মচাশিংবু
থিন্দোকপিবকই ইমানা
অঙন্বা তোংজৈ মবীলদা।

॥২॥

অশোন- অনা কয়া অমা
ইমানা ঙাকপি শেনবিবি
অপিকপা নবা মখৈনা
মথানুংদা কোনশিনবিবি।

॥৩॥

নুমিৎ শীংবুম কয়ানিগী
শাংলবা য়াংদৌ লম্বীদা
অশোক অনা য়াওবকপশিং
ইমানা ফমশেন্নবিরি।

॥৪॥

অতৎ- অথম নাইবা লৈত
চৎলিবা মচা ময়ামদু
ইমানা কোয়চেন চেন্দুনা
মখুৎ শম্মা থিন্দোকপিরি।

॥৫ ॥

অশুক য়ামস্র' মচাশিংসি
অমমম ওইনা ইমানা
শমু খুৎশম্নবিদুনা
হকথেংননা শেন্নবিরি।

॥৬ ॥

মচা খুদিংনা ফাওজবি
থম্মোয়নুংদা হবাও- হবাও
" ঐদি ইমাগা চৎমিন্নবি
ইমানা ইনাত্তা লৈবিবি।"

॥৭ ॥

ইমা লেঙঙকএ তাবদা
চীংগী খুলগী মচা ময়াম
খুম্হোঙ খুম্হোঙদা পুন্দুনা
ইমা তবাম্না ওক্লম্মী।

॥৮ ॥

অচা- অথক অবৈ অবৈ
থবায় য়াওনা শেম- শাদুনা
নহা অহল পুল্লপ- পুল্লপ
লম্বীদা ইমা ওক্লম্মী।

॥৯ ॥

নোনে খৌপুম থাঙ্গাল খুলগী
ইমা'ই নুংশিবা মচাশিং
ইমা ঙাইদুনা লৈবম্মী
লম্বী নাকল নাক য়েত্তা।

॥১০॥

খোঙশাং নুঙবা অৱাংখুলগী
ভালোক শোংগ্রাম তমেংলোংগী
ইমা'ই তাঙলবা মচাশিং
লমখাঙদা ইমা ওক্লম্মী।

॥১১॥

ইমাগী মতৌ উবদা
মমায় মায়থোং ইমক মকশীন
অৱা- নুংঙাই য়ান্নদুনা
ইমাগা চীল্লোক্লবম্মী।

॥১২॥

তৌসেম তামৈ থাবোন খুনগী
ইমানা লুনা তৌজবা
নুংশিববা মচাশিংশু
চয়োম পুদুনা ঙাইবম্মী।

॥১৩॥

ইমাগা পুকমেন শাউমৈন্নৈ
" ইমা ঐখোয়শু য়াওবগে
ইমাগা লোয়নননা চৎলগে
ঐখোয়বুশু পুশিনবিবো।"

॥১৪॥

ইমানা- " ইচাশা! ঐদি চৎলোইয়ে
কাইফুন্দাই ফাও'দং থিন্দোক্কে
কংলাদা তন্না হুনগনি
ইচাশিং নখোয় থাদোক্লোই।"

॥১৫॥

কাইফুন্দাই য়ৌর' ইমানা
" ইচাশা ! ইমা'ই মণিশা !
ইমাদি 'সিদৈ হল্লগে
নখোয় কুইবক লাক্লক্নু।"

॥১৬॥

" নমা ঐদি কংলৈপুঙদা
ইচা নখোয় পুম্নমকপু
খৌবাংনা ঙাইহৌবিবনি
মিংকুপ 'মত্তা কাউগনুকো।"

॥১৭॥

" নকোক ফাওবা চিল্লক্নু
মীশীং' মত্তা তেল্লক্নু
কুইনা পম্থবক্নুকো
য়ৌকবোকো অথৌবশা।"

॥১৮॥

মচাশিং শুম্না থিন্দোল্লম
মচা খুদিং চুম্লিবম
ইমাদি কংলা পাংখবে
লোক্তাক তুবং শমদুনা।□

(২১ মার্চ, ২০০১)

৫

# লান মনুংদা লোক্তাক

।।১।।

তোংজৈমরীন্দা ইমানা মচা অশোন- অনাশিং
নুপী অঙাং ময়াম অমা বানা থিন্দোকউবগা
হল্লকপগী লম্বীদা লোক্তাক তুবং শমদুনা
কংলা তম্না লেঙখবে সনা শঙ্গায় পাংখবে।

।।২।।

ঙসিদি লোক্তাকসি কুম্মৈ অমা তৌবম্মে,
পাকখ্রবা লোক্তাকসি লৈনা পুংঙৌ ঙৌবম্মে,
থবো থম্বাল থাবিকথা হৈকক য়েল্লি য়েন্নৌবী
নোক্লা খেনা শাংলম্মী হাইনা হুম্না ঈমায়দা।

।।৩।।

চেক্লা শঙ্গু- শঙ্গুনা চেন্না চোংনা শান্নরি
লৈবাং লৈরক ফাওদুনা লোইনা শকখঙনবগুম
হবাও মথোয় কাবম্মি লোক্তাক কুম্মৈ ওইখবে,
কৈবুলদনা শঙাইশিং কম্বোং চাবা চৎনবি।

।।৪।।

শঙাই পাখং লৈশাবী খুন্নুং ইশৈ শক্লরি
শঙাই অহল লমন্না লাপ্লপ নুংশি' য়েংনরি,
মালেম' অতৈ লৈমায়দা উগে ফংনখিদ্রবা
পিক্লি' শঙাই মচাশিং হানৌ চিক্লা শান্নরি।

॥৫ ॥
চৈবকসিদা থরোনা- " ইতা, হন্দক মরকসি
ওহোক্না নুংঙাইরদরা?" থম্বালনা- "কৈদৌবগে ইতা?"
থরোনা- " শাৎনীংঙে ইনীংতম নোক্নীংঙে ইখাতম
অশুক কুইবসি ইতা, মী'মত্তা চোপ তারদ্রে।"

॥৬ ॥
"ঐখোয় লোম্ভাক পাৎসিদা ইশম ইনা ফোয়রদ্রে
ইবী ইখোঙ থৎলদ্রে নুংঙাইবা 'য়বু 'সিমঙায়
'সিদৈ হেন্না নুংঙাইবা কদায়দগী লৌরুনি?"
থম্বালনা- " থরো ইতা নঙবু, মী তানি হায়'মি।"

॥৭ ॥
" খবা তপ্পা ঙাঙঙো'য়বা, লৈবাক বাবা'খম থেংঙি,
অবা লান তৌনরিবনে, 'দুনা লোম্ভাক খুম্মত্তবা।"
" অদুনবু হায়'মি ইতা, মী কুম্মক্তবসিদা
নুংঙাইবে হায়'মি ইতা, 'সিবু চুমদববা 'য়মি।"

॥৮ ॥
থম্বালনা- " মীনা বানবিঙেসিদা ঐখোয় মখৈ নুংঙাই হায়বা
'সিবু ইতা নঙগী 'সিবু, ফজরিবরা হায়মি ?"
" মখোয়না মবুক ফৎনদবৈ হাৎনজবনি কৈদৌবগে ?
মখোয় মশেল ফৎনদ্রগা ঐখোয়' কবি বারুনি ?"

॥৯ ॥
" তাইবং মীসি লাইম ফত্তে, লান তৌনদুনতা হেক লৈ
মখোয় লাম্ভবসিদি নুংঙাইরে ঐখোয়দি।"
" ইতা নঙগী বাসিবু তাইবংমীনা তাম্র'দি ?"
" তাবিবদি ফদৌনি, লানসি তৌনদনবা"।

॥১০॥

চৈবকসিদা মথকলোমদা ইবাং অমা তৌবকই,
থত্তা য়েংখৎলুবদা উরে চেক্লা শঙ্ শঙ্,
লাউন-খোংনা পাইবকইবা লোত্তাক পাত্তা চাত্তাদৌগী
সাইবেরিয়াদে কবিদৈ অতম্লনা পাইবকইবা।

॥১১॥

হান্নদগী চাত্তাদুনা লৈবকইবা উচেকশিংদো
কৈস্তু হায়দে থওইদে লাকচসনু হায়মাল্লে,
'মত্তা কলক কঞ্জাউনদে, মীদৈ হেন্না নুংশিনৈ।
থবোনা য়েংখৎলগা, -" হা-চেক্লা ঙানু থঙ্গোং"।

॥১২॥

" লোত্তাক হায়দু'সিনে য়ৌবে, পাইথবকও চাত্তাববো।"
" ঐখোয়গীদি ব্রাৎলিয়ে, তু: আ 'দগী 'সিনে।"
থবোনা-"এঃ লৌকোয়পাৎনিনে মখোয়না হায়রিসে
লৌকোয় পাৎসি খঙবোইবে আ: সাইবেবিয়াদস্তু।"

॥১৩॥

লোত্তাকপাৎ হেন্দোকখ্রে লৌকোয়পাত্তা পাইথখ্রে,
ঙানু থঙ্গোং ময়ামদু মখোয় পম্বুং য়ৌখবে।
লাপশ্লবা লমদমদগী অতম্লনা পাইজবকপা,
পাইথবগা চুপ লুপখি লুমবু শাবা ঈশিংদুদা।

॥১৪॥

ফনা কুইনা লুপলুরগা হেক ফাওগৎলকপগা
ঈমায় ফুবী শান্নখ্রে, কোয়তান কোয়তান তান্নখ্রে,
নোকখিবগা লাউখিবগা মতৌ অমা ওইখবে,
মনীংথুংনা শান্নখ্রে লৌকোয় পাৎকী লাইজথত্তা।□

(৩১ মার্চ, ২০০৯)

## ৬

# নমা ঐনি

॥১॥

লৈগী জাত্তা শিরোই লিলি
তাঙনা শাংগী নোম্লুকচবী
আ:দা চংসি য়াজদবী
নমা ঐনি ঐগী শাইওন।

॥২॥

শাগী জাত্তা কৈবুল শঙাই
চীক্লা লেম্লা হিংজবিবী
কৈবুল লমজাউ নিংঙোল শঙাই
নমা ঐনি ঐগী শাইওন।

॥৩॥

শান্নবদা শগোল কাংজৈ
মালেম পূম্বা পাম্নরিবা
ইবমসিদা পোকচখিবা
নমা ঐনি ঐগী শাইওন।

॥৪॥

জগোয়দনা য়েলহৌ জগোয়
নমা ঐনি ঐগী শাইওন
পুম্নমক্তা য়াওরিবদি
চীক্লা লিংজেল শানবদুনি। ▫

(২৪ ওক্টোবর, ২০০৯)

৭

# ইমাগী মশক

॥১॥

হা-দ ইমা অশোকপী -ও !
ইমা লৈবাক মণিপুর !
ম্বাইদে হেন্না নুংশিজবী !
খুকমজবি হন্না হন্না।

॥২॥

অমুনবা ফৌগী লৌবুকশিং
সনা অহিংবা কুচুগী
মোমোন নোকপা শকফম অসি
ইমা'ই সনা মায়থোংলনে ?

॥৩॥

হৈবাং লৈবাংগী চীংশাং পবেং
ফিবান লৈবোংগুম ফজবিবা
গুঙ্গৎলবা চীংয়া- তময়া
ইমা'ই চবৈ নমখাংলনে ?

॥৪॥

উরৈনা পূমঙাল ঙাঙ্গিবা
চুমরৈ মালহৈ মপালশিংগী
য়েঙ্গিংথাগী শকফম অসি
ইমা'ই মোমোন মায়থোংলনে ?

॥৫ '।

চীংলেম্মা নোংমদোন খেৎনা
লেপ্পিবা চীংশাং শবেংশিংগী
লেমম্লবা চেংলৌ শকফম অসি
ইমাগী মায়থোং থম্বাল্লনে ?

॥৬ ॥

ইমাগী শকফম তশেংবা
অমুক্তদি উহনবিয়ু
কল্পনা'ই ফিজঙ রাংমদা,
নচা ঐবু থৌজানবিয়ু।

॥৭ ॥

হন্না হন্না খুকমজখি
ইমাগী মখোঙ থম্বালদা।
চানবিহৈবী ইমানা
হায়বিরকই নুংশিনা-

॥৮ ॥

" নমা ঐগী শকফমসি
হৈরাং লৈবাং ফোনাদা
লাপ্না অমুক থিকদ্রবগু
উরিবদুনি তরু তক।"

॥৯ ॥

" চীংদা তমদা লম্মখাঙদা
লৌবুক্তা পাত্তা কৈথেলদা
গুরি চৎলি নোম্মিবী
পুলি থৌগাই পুরিবী।"

॥১০॥

"ঐগী ইচা নিংঙোলশিংসি
চীংমী তম্মী চনুশিংসি
ঐগী ইচা লাংলেনশিংসি
ঐগা শক- চু মান্নবনি।"

॥১১॥

"ঐগী ইচা নিংঙোলশিংসি
শাওং- শাদা কুচু কুমেন
খোঙদা খুৎতা খুজীন খুয়া
মমা ঐ খোক- খোকচিনবনি।"

॥১২॥

"ঐগী ইচা নিংঙোলশিংসি
বাঙাঙ শঙাঙ থৌনা লিংজেল
মমা ঐ লোইনা লৌবনি
ঐগা চপ হেক মান্নবনি।"

॥১৩॥

ইমা'ই অঙকপা বাফমসিদা
খুৎনা স্বর্গ ফংজরে ঐদি
উজবে ঙসিদি ইমা'ই শক্তম
কর্ননা মমা ফংখিবগুম।

॥১৪॥

মচা নমদা পোদুনা
সনা কৈথেলদা চীংগী পামদা
মচাগী চারা তাল্লিবী ইমা
উজরে ইমা'ই অশেংবা শক্তম।

॥১৫॥

নচা'ই খুজেং পাল্লোইনবী
ইমা লৈবাক নুংশি চাউবী
অকন' নোংলৈ মরকসিদা
মৈরা পায়না শেন্নরিবী ।

॥১৬॥

উজরে ইমা'ই অশেংবা শক্তম
ইমা লৈবাক্কী অফোংবা মশক
খুকমজবি ইমা নুংশিববী
খুকমজবি ইমা হন্না হন্না।□

(১২ ওক্টোবব, ২০০৯)

## ৮

# থবায়মি

॥১॥

নহানমখৈ মণিপুরগী
অতিয়াদা চীক্লরম্বা
নুমিৎ অনীদো ঙসিদি
মমশিনখবে খোংজোমদা।

॥২॥

চহী লিশিং লিশিং কয়া
মীখা পোল্লকখিদ্রবা
নীংতম্বা নুমিত্তো মণিপুবগী
মমশিনখবে খোংজোমদা।

॥৩॥

নুমিৎ তাবা লৈখিদ্রবা
ইংবেজ লোইলম লৈঙাক্কী
নাপল চাউবা নুমিত্তুশু
মকশিনখরে খোংজোমদা।

॥৪॥

থৌনা ফবা মনিপুবনা
পৃথিবী পুম্বে মমাঙদা
চোংথোক্তুনা লাম্বা পাদুনা
মখোয়গী নাপল থুদেকপদৈ

॥৫ ॥

ইকাইবনা শিরবা
ইংরেজশিংগী নুমিত্তু
তাইকেৎ তাইনা খাঙখরে
মমায় নোংচুপ ওনখবে।

॥৬ ॥

লান লোইখিবগী অহিংসি
পুমচীক চীকখবে খোংজোমদি
মীচীক মীবাউখোন তাখিদবে
লাইবৈপাক ওইখবে।

॥৭ ॥

লিক্লাং চোইনা কেনখিবা
ইমা'ই মণি মতুমশিং
পুঙলং লংনা তারিয়ে
অমম্বা অহিংসিদা।

॥৮ ॥

অহিংসিদা ইমানা
কোয়না চত্তুনা খোমজীন্নুই
ইমাগী মচা মণিশিং
ধর্ম্মগী লানফম খোংজোমদা ।

॥৯ ॥

ময়াংখাঙদা থাজালদা
ভেংনৌপন্দা নুংঙৌরোক্তা
ভোংজৈ মরীন্দা তারিবা
ইমা'ই মচা মণিশিং।

॥১০॥

ককচিংদা পল্লেন্দা
অথোকপমদা তোমজীংদা
কেল্লিবা ইমা'ই মণিশিং
খোমজীল্লুই ইমানা খোংজোমদা।

॥১১॥

ইমাদি অহিংসি তূমখিদে
ইমা শুক-কপ কপখিদে
উঙ্খমাল্লে নোংথক্তা
ইংবেজশিংসি কুইববোই।

॥১২॥

খোমজীল্লুবা মণিশিং
মচাশিংগী থবায়মি
কৌশিনবি ইমানা
মথং মথং ফিগাউনুংদা।

॥১৩॥

কাংলুপ ফুরুপ নাইদ্রবা
শাগৈ শলাই খায়দ্রবা
লাইওইববা থবায়মি
ফিগাউনুংদা কৌশিল্লি।

॥১৪॥

অদুদৈ লেঙখি ইমানা
মায়কৈ খুদিং শীনথুংনা
মচাশিং খুদিং চুপ্লিরুই
অহিংদুদা নুংশিনা।

॥১৫॥

খা-বাং নোংপোক নোংচুপ
য়ৌথি ইমা অহিংদুদা
চঙথি খুল খুল খুদিংদা
মচা খুদিং চুপ্লিথি।

॥১৬॥

মাওদগী মোইরাং য়ৌথি
মোলচামদগী ময়াংখাঙ
জিবিবামদৈ তিপাইমুখ
খুবায়দগী জেসামি।

॥১৭॥

মবঙা তাবা খুলশিংস্ত
লিশাং শিংনা য়ৌশিনখি
মচাশিং নুংশিনা চুপ্লিখি
যুমথোঙ যুমথোঙ চঙদুনা।

॥১৮॥

চাহোংদগী তমেংলোং
সেদোদগী শগোলমাঙ
পাববুংদগী য়াইবিপোক
ইমা'ইদি লম্বী'ই লম্বী ঙাক।

॥১৯॥

গৃহাংদগী খাই বাংথৈ
য়াইখুলদগী নমতিরম
কুইলোংদগী কাংঙমোং
চাত্রিস্তংগী ঙচিবা।

||২০||

লোইনা থুংনা চঙবিখি
মবক্কী খুল মখৈশু
অমত্তা চিংথবমদনা
চুপ্লিবস্মী মচাশিং।

||২১||

মনিপুব শীম্লুংঙুবগা
থাঙবোমদা শম্মগা
কংলাতম্না লেঙখবে
সনা শঙ্গায় মৌখবে।

||২২||

ইমানা কৌশিনবিখিবা
মচা মণি থবায়মিশিং
হিংলি ঙসি ঙসিশু
হিংলি ইমাগীদমক। □

(২৭ এপ্রিল, ২০০৯)

৯

## ইমা কপ্পা থেন্মুসি

॥১॥

অমুক্তা কপ্পা খঙখিদবী
মোমোন নোক্তুনতা লৈবী
ইমা কপ্লে হন্দক্তি
ইমা'ই মায়থোং ঈহৌবে।

॥২॥

খমথেংনা ব্লাববশু
অমুক্তগু কপখিদবী
ইমা কপ্লে হন্দক্তি
ইমা'ই চায়কং শুপকৎলে।

॥৩॥

ইমাগী খজাই অনীদা
লিকলু পবেং কেনবগুম
মিৎলু পিবাং শিম্বে
নুংশি ঈবা চেম্বে।

॥৪॥

ইমা'ই কোকশেৎ মচী'মা
পিবাং তৈথোক্কদৌগী
য়াবি খুৎ নামনা
নামনা মাঙদা তিংথোকই।

॥৫॥

মচাশিং কৌশিন্নীংবগুম
ইমানা লাপ্পা য়েংলিয়ে।
ইমানা কপ্লে মায়থোংসে
মচা ঐখোয় য়েংঙমদবে।

॥৬॥

অবা লানগায় কয়াদা
লৈবাক কায়না চেনবদা
মচাশিং কোয়শেন শেন্নখি
ইমা শুক- কপ কপখিদে।

॥৭॥

চহি তবেং খুন্তাকতৈঙে
য়েক্কবনা ওৎখিতৈঙে
মচা হক্কন্নবিখি
ইমা কপ্পা শংখিদে।

॥৮॥

খোংজোম লানগী হাত্তুণ্ডা
নীংতম নুমিৎ তাখিবা
মচা মণি কেনখিবা
ইমা কপ্পা খঙখিদে।

॥৯॥

ইমা'ই মচা পূম্নমক
ইমা'ই নাত্তা ওমশীনখি
ইমাগা 'মত্তা ওইজখি
ইমানা মীমাঙদা লেমজখি।

॥১০॥
হন্দক্তি ইমা'ই শঙ্গায়সি
উন ৰাইমুক চীকখবে
মচা অচৌবা অমত্তা
ইমাগী নাক্তা চঙদরে।

॥১১॥
ইমা'ই হোজঙ ইহাঙ হাঙঙে
ইমা মতোমতা ঙাইহৌবে
তবক তবক শঙ্গায়নুংদা
কপ্লে মচা কৌদুনা।

॥১২॥
ইমা'ই মচা ইয়াম্বশিং
ইমা'ই নাক্তা চঙভুসি
মচা ঐখোয় ময়াম্মা
ইমা কপ্পা থেম্মুসি।□

(১৩ ওগষ্ট, ২০০৯)

## ১০

# লেংবিরকও

॥১॥

খঙগদৌ'খৈ খঙবিবিবা
ঙমগদৌ'খৈ ঙম্বিরিবা
মাঙশু তুংশু উবিবিবা
পূম্নমকসি ওইবিবিবা।

॥২॥

মিৎকুপ অমা হোহন্দনা
মবীক অমা চিখ্রদনা
তাইবংপানসি শোয়দনবা
য়োকপি- শেনবিবিবা মানি।

॥৩॥

মহাক লেঙঙক্লবদি
ঐখোয়'ই ইরক অসিদা
করি হায়বিবমগনি
করি তৌবিবমগনি?

॥৪॥

" মালেম অসি অপূনবনি
হিংমিন্নবসিনি পূন্সি
নঙগী পূন্সি নাইতোম নত্তে।"
'শুম্না হায়বিরমগদবা?

॥৫ ॥

" কা হেনবা লীচৎ চৎপা
পান্নশিংদা পাউখুম্নিয়ু
নখোয় ঐখোয় অমত্তনি।"
'শুম্না হায়বিরমগদবা ?

॥৬ ॥

" ঐদি হায়রোই কৈদৌনুংদা
নখোয়না ফত্তে খনবশিংদু
থাম্লো আ:দা ঐগী মিংদা"
'শুম্না হায়বিবমগদবা ?

॥৭ ॥

" মীওইবদি অমত্তনি
চপ- মান্নবা শেমখিবনি
অনেম অৱাং শেমদবনি।"
'শুম্না হায়বিবমগদবা ?

॥৮॥

" তাইবংদা অনী শুদ্রবা
মালেমসি মহুৎ শিন্নবা
লৈত্রবনি অমা অমুক "
'শুম্না হায়বিবমগদবা ?

॥৯ ॥

মহাক লেঙগুরুবদি
ঐখোয় ইরক অসিদা
শীনবিবম্নি ঐখোয়দমক
নুংশি- চান্না হিংননবা

॥১০॥

খঙগদৌ'খৈ খঙবিবিবা
ঙমগদৌ'খৈ ঙম্বিবিবা
চানবিদুনা লেঙবিবক- ও
ঐখোয়গী ইবক অসিদা।□

(৫ জানুৱারি, ২০১০)

## ১১

## কচ্চবা

॥১॥

ইমা লৈবাক্কী শকফমসিদা
য়াওবি মীবোল মতম পূম্ব'ই
ইপাবোমগী পুবোনশিং
ইমাবোমগী পুবোনশিংশু।

॥২॥

য়াওবি ইপা ইপুশিং
ইমা লৈবাক্কী শক্তমসিদা
ঐগী থৱায় হকচাংসিশু
ইমা লৈবাক 'সিদা য়াওবি।

॥৩॥

মথায় খুবাক্তা হাপতুনা
ঐখোয় ঐখোয়গীদমক
ইমা লৈবাক কনখিবশিং
ওইবি হৌজিক ইমা'ই শক্তম।

॥৪॥

ময়ানীংবা ভাগ্যচন্দ্র
গম্ভীর সিংহ্ নরসিংহ্
পাউনা থাঙ্গাল টিকেন্দ্রজিৎ
ওইরি ইমা'ই মায়থোং থম্বাল।

॥৫॥

চীংলেনসনা শেঙ্গোইসনা
বাংখৈমৈবাবা ইরাবত
পুখ্রম' ফিঙাং চিবাইনাগা
লোইনা য়াওবি ইবং লংনা।

॥৬॥

ইমালৈবাক্কী শক্তম অসি
তেংবানশক্তি পুঙস্ত শুবা
মীবোল লিশিং লিশিং য়াওবি
ইমাগী শুক্ষ্মাৎ শক্তমসিদা।

॥৭॥

ইমা'ই শক্তম মায়থোং থম্বাল
মালেমদা পৃমগুল গুলহল্লসি
ইমা বাংনা থাজংতমসি
ভূংগী মীবোলশিংগীদমক।

॥৮॥

কচ্চরি ঐগী থবায় হকচাং
ইমালৈবাক্কী খুয়া খাদা
লৌশিনবিয়ু নচা ঐবু
খুরুমজরি হন্না হন্না।□

(২ জুলাই, ২০০৯)

১২

# নোঙ্গৌবী

॥১॥

নোঙ্গৌবী নোঙ্গৌবী শারি কম্মোং !
কম্বাল লাংলো লাউ,
লেঙথোরক- ও বাক্সরনু
লৈবাক ঙাকমিন্নররো।

॥২॥

নুপীগী ফিদা কনবা আইন
থোরকদৌরে।
নোঙ্গৌবী নঙনা লোংখিবসি
ভাউথিংমাংগী হাক্তৈক্তেনি।

॥৩॥

চহী লিশিং অমগা
চাতরেৎ হেনখরে,
মরক মরক উরম্বদে
নশক শুকউ উখিদরে।

॥৪॥

নোঙ্গৌবী নঙবু কৌরদুনা
লৈবাক হপ্পা কপ্পরেনে,
লেঙথোরক- ও লোৎনুরনু,
লৈবাক ঙাকমিন্নররো।

॥৫॥

"নোঙ্গৌবী নোঙ্গৌবী শাবি কম্বোং!
তুবেল লৈনাসে।"
"ঙাইবিখো- ও ঙাইবিখো- ও
ইচা চাক ইল্লমখিগে।"

॥৬॥

"য়াদ্রবদি তোকচহৌবো,
নচা শেন্না লৈজহৌবো,
তুবেল তেংবা য়াওদ্রবদি
নিংথৌগী চৈবাক ফংঙনিদো"

॥৭॥

"পাৎ তুবেল কুম্বা য়াবোই
ফোংনা ঈশিং থকপা য়াবোই"।
কয়াদা কনখ্র' চৈবাকনোনে
নোঙ্গৌবী নঙনা ফংখিবদো।

॥৮॥

মমা ওইবী ওইকুবনা
নচা কোল্লুবদগী
ফোংনা ঈশিং থকপা ফাওবা
থিংখিবনিনে।

॥৯॥

নোঙ্গৌবী নঙনা খাঙজখিবা,
ইকাই ফিকক খুমজখিবা,
চরম কংনা কপচখিবা,
মপান ইপান থোকখিদবা।

॥১০॥

কুমগী নোংবু ঙাইজখিবা
কু-হুক কু-হুক কৌবদগী
নোঙ্গৌবী হায়না কৌখিবনি
কয়া বানা খাঙখিবনো!

॥১১॥

হন্দক্তি শোয়দনা থোকপিবকও
মতম অসি হোংলবনি,
লোৎলুবনু লেঙথোবক-ও
ঐখোয় পৃম্বা ঙাইবম্মগে।

॥১২॥

নুপীগী ফিদা কনবা আইন
থোবকদৌবে।
নতাদুশু হৌবিবকউ
বাজবনি হায়দোক্তনা।

॥১৩॥

ইকাই থীবী খোন্নৌবীনি
উথুম মখৌ পোঙবদুনা
তুপ তুপ তুপ অহন্নক্তং
লাউবিবদা বাম্মজবী।

॥১৪॥

মচা খোম্মে খোমদোনবীদু
মথানুংদা কোনশিল্লগা
মপাম উনগী লমদম পাংবী
খোন্নৌবিদু হৌবিরকউ।

॥১৫॥

নুপীগী লাইবক কনবা আইন
থোবক্ত দৌরে,
লেঙথোরক - ও ৱাকৎয়নু
লৈবাক ঙাকমিন্নররো।

॥১৬॥

নতা 'মস্ত লৈরিবনি
নতা উচেক লাংমৈদুবু
উনবকা য়াওরিবরা ?
মহাকপুস্ত হৌবিরকউ।

॥১৭॥

নুপী মচা ওইরিঙৈদা
থীনা ওৎশিমনবদগী
নুংশিহৈবী চেক্লাশিংনা
মীরক্তগী পুখিবনি।

॥১৮॥

লাংমৈ ওইনা পাইখিবনি,
নীংঙমহৌদে মাগীদমক,
ঙসি ফাওবা হল্লক্তবে,
লাংমৈ ওইনা হিংলমগনি।

॥১৯॥

থিবিরকউ উচেক লাংমৈ
পাউদম্বিয়ু মঙোন্দস্ত
" নুপীগী ফিদা কনবা আইন
থোরক্ত দৌরে।"

॥২০॥

হংলক্তনি মানা অমুক
"কনানা হৌদোকপা আইন্নো?"
খুম্মু নগুনা "সংসদননি,
নুপীগী ফিদা কনগদৌবে।"

॥২১॥

"সংসদকী সভা অনীমক্তা
আইন সভা খুদিংদশু।"
মদুদা মানা থাগত্তৌসি,
হবাওদুনা চোংখত্তৌসি।"

॥২২॥

নুপীগী ফিদা কনবা আইন
লাক্লকান্দা খণ্ডলক্লনি
নোঙ্গৌবীনা মচা য়োকচখিবা
মরম্নাই নত্তে লৈবাক্কীনি।

॥২৩॥

অঙাং অমা শেম্বসিদি
লৈবাক অমা শেম্মিবনি
লৈবাক অমা শেম্বসিদি
মমা ওইবী'ই খুৎনা শেম্মী।

॥২৪॥

নুপীগী ফিদা কনবা আইন
লাক্লকান্দা খন্নরনি
উখুমগী চৈতুপ অহমদু
বা ওইনা পুথোক্তুনা।

॥২৫॥

ইমাবু মতম খুদিংমক্তা
লাৎচবগী মহৈ ওইনা
নুপীগী ফিদা কনবা আইন
থোবক্কদৌরে।

॥২৬॥

নুপীগী ফিদা কনবা আইন
লাক্লকান্দা মালেম অসি
ফংঙগনি অশেংবা মঙাল
ইনুং সোবা তৈবকপগুম।□

(২০ মে, ২০০৯)

## ১৩

## সন্দ্রেম্বী

॥১॥

"সন্দ্রেম্বী থোবকও !
নহুম পোন্দেন শাবিগে
লাই খুবাক খুবিগে।"
তপ্পা তপ্পা শক্লকই।

॥২॥

শকই তপ্পা নুংশিনা
ঙগোয় খুথেক লোয়ননা
মোংবা হনবা উমংদা
পুক্লীং চঙনা শক্লকই।

॥৩॥

লাতোন 'মনা মখা থা
লাতোন 'মনা থক্তা কুপ
অমুনবা তাউজিং হৈবাংদু
থেমগৎলকই মায়চৌনা।

॥৪॥

অশুম অশুম থেমগৎপদা
নীংথিজবা তাউজিং অদু
অরংবা সনা ওইখৎলকই
শাগৎলকই তাইবং হকচাং।

॥৫ ॥

মীগী শারেপ কাগৎলকই
ঈরং লংবা শাওং শাদা
ইনখৎলকই লাতোন অদু
মহুম পোন্দেন শাগৎলকই।

॥৬ ॥

নীংথিজরে কুচু লাকএ,
মীওই মীতৌ কজন্নবী
মোমনু ওইবী অমা ওইরে,
কজবদা মপা লৈতে।

॥৭ ॥

" সন্দ্রেম্বী থোরকও !
নহুম পোন্দেন শাবিগে
লাই খুবাক খুবিগে।"
লেপ্তুনা শকই মায়চৌনা।

॥৮ ॥

সনাগী সন্দ্রেম্বী
ঈরং লংনা থোরকএ
মহুম পোন্দেন মনুংদা
তনিক তনিক লেপ্লরে।

॥৯ ॥

মিৎকু প্তুনা য়েংঙিবা
ঙাইঙমদবা নিংথৌরেন
মথায়মিনা চিংশিন্দুনা
চঙশিনগে হেক তৌরকই।

॥১০॥

মায়চৌনা তাপ্লু ফাজিল্লি
" পেৎলিবা শমু হকচাংনি
শোকউ - লাকউ য়াদ্রিবনি।"
" চুম্মিনা, ওম্ম্ব্রোকইদকো।"

॥১১॥

" সন্দ্রেম্বী থোবকও
নহুম পোন্দেন শাবিগে
লাই খুবাক খুবিগে।"
হন্না হন্না থেমগৎলকই।

॥১২॥

মহুম পোন্দেন মনুংদুদা
ঈবং লংনা ওাম্ব্রোইবকই
মোমোন নোকপী সন্দ্রেম্বী
ফিবোই ফিঙাম থোংখবে।

॥১৩॥

মখুৎ শম্না পুথবক্লে
পোন্দেন্দগী মায়চৌনা,
নিংথৌবেন্দা শিন্নবে
সন্দ্রেম্বীনা খুকন্মী।

॥১৪॥

পুমশেং শেংঙে হৌজিঙ্কি
চাইশ্রানা ফম্বাল লাংঙিবা
সন্দ্রেম্বী শাদুনা,
শেংনা উরে অশেংবা।

॥১৫॥

অচুম্বনা ঙাইবকপনি
নহানমখৈ অশেংবা
চিংনবা মমি কোকখিনবা
অশেংবগী মশাদগী।

॥১৬॥

হৌজিক্তিদি উবে অশেংবা
লমখুনুনা তাকখিবা,
" সন্দ্রেম্বীনা উদা তোং
চাইশ্রানা ফম্বাল লাং"।

॥১৭॥

চাইশ্রা মমা মচানা
মমা মচা হাৎখিবা,
সন্দ্রেম্বীগী থবায় লমখুনু
চাইশ্রানা অমুক হাৎখিবা।

॥১৮॥

লমখুনুগী শকনা
ওইখিবা তাউজিং হৈবাংফাও
খায়দোক্তুনা চাখিনবা
পীথোকখিবা মীতোপতা।

॥১৯॥

খঙদদুনা তৌখিববা
চিংনবা মমি কোকখিনবা
ঙাইবকপনি নহানমখৈ
হৌজিক্তিদি ময়েক শেংলেনে।

॥২০॥

" অচুম্বা বায়েল থীম্বহৈদে
হৌজিকমক পাঙথোকউবগে"
বায়েল চুপ্পী পায়বিরিবা
নিংথৌরেন্না লেপখরে।

॥২১॥

মায়চৌ খুরুম্মম্মগা
লাঙ্গোই থক্তা সন্দ্রেম্বী
থাঙ্গৎলগা নিংথৌরেন
কংলা তম্না থৌরক্লে।

॥২২॥

থাঙলেন নোংথাঙ হাইগত্তুনা
সন্দ্রেম্বী পুরদুনা
নিংথৌবেন্না পাইশিল্লকপা
লাপ্না উবে চাইশ্রানা।

॥২৩॥

চাইশ্রাদি পাখৎখিদুনা
শঙ্গায় মাঙদা তুথখবে,
নিংথৌবেন্না চোংশিনখি
থাঙলেন হাইগৎলদুনা।

॥২৪॥

সন্দ্রেম্বীনা তুংদগী
থাঙদোন তাপ ফাখরে,
করিনো ওক্লা য়েংনখি
নিংথৌরেনগু চাইশ্রাগু।

॥২৫ ॥

"চাইশ্রাবু লমন খুম্নবা
লোইশিনবদি ইবায় লায়,
মীচম্নগু ঙমগনি
ইনিংথৌদি নৈমাবনি।"

॥২৬ ॥

" চাইশ্রাবু থাঙদা চৎহল্ল'দি
ঐখোয়গু মাগা অমহা ওইনি,
অচুম্ববু ঙাইবকপসি
অবেম্বদা তাবগনি।"

॥২৭ ॥

" অগুক কুইনা ননাই ঐনা
অচঙ - অশি লমদমশিংদা
হঙ্গৎ- হন্দা চৎচকবা
মঙাল কয়া ফংজবকই।"

॥২৮ ॥

" থম্মোয চেন্দ' মীওইশিংসি
মীনুংশিনা চেলহনগনি
ঙাকপিবসি চাইশ্রা অসি
মবুকচেলসি শেংদোকপিসি।"

॥২৯ ॥

"কয়াবক হন্না লানল্লবদা
হন্না হন্না ঙাকপিল্লবা
মাবু অমুক ঙাকপিখিদ্রা?"
নিংথৌবেন্না তাকপীবকই।

||৩০ ||

সন্দ্রেম্বীনা-"মীনুংশিগী ঈফুৎসিদি
কংবা নাইবা ঈফুৎ নত্তে,
পীথোকখ্রগা হেন্না হেন্না
থনগৎলকপা ঈফুৎনি-দে।"

||৩১||

"মীনুংশিগী মণিসিদি
শোকপতদা সনা ওল্লি
হায়নবিসি অচুম্বনি
উজবকই ননাই ঐনা।"

||৩২||

"মমশিল্লবা থম্মোয়শিংসি
পুদুনা অদুম চৎখ্রগদি
থানা গ্রহন লাক্লা লাক্লা
তাখিবগুম মম্লা লোইনি।"

||৩৩ ||

"ঙাকপিববা থম্মোয়শিংদি
ইবং লংনা ঙাম্মোবকই
গ্রহন থাব' থাজগুম্লা
মালেম পূমঙাল ঙাল্লমগনি।"

||৩৪ ||

" ঙাকপিহৈবা ইনিংথৌনা
চাইশ্রা'ই থম্মোয়দা লোৎলিবা
হিংচা- য়াইতম তাম্মোকপিয়ু
চাইশ্রাবুদি কনবিয়ুনে।"

॥৩৫ ॥

" ঙাকশিরসি চাইশ্রাবুদি
মীনুংশিনা ঙালহল্লসি
চাইশ্রাগী থবায় ঙাঙসনু
অচুম্বা খঙনা হিংজসনু।"

॥৩৬ ॥

" ইনিংথৌনা চানবিয়ুনে
চাইশ্রাগুম্মা কয়া অমা
মন্নম্বদৈ ঙাল্লকসনু
তুংগী থাউমৈ ওইহৌসনু ।"

॥৩৭

ইনিংথৌ পুক্লীং নুংদাখবে,
উন- বাইমুক চিকখরে,
ওলাঙ ওনশাউ লৈখিদরে,
নুংঙাই ঈহুল ফাওবক্লে।

॥৩৮ ॥

সনা পুক্লীং ঙাম্থোবক্লে,
চাইশ্রাবু কোনখৎপিখবে,
অনীমক্তা ঙাকপিখবে,
অহুম্মক কপমিন্নখবে।

॥৩৯ ॥

খঙহৌদনা মফম অদু
ঙাম্থোরকই পূমঙাল ঙান্না।
লৈকা ফন্না লৈকোনুংদা
শীংঙেল লৈরাং শৎকায়রক্লে।

||৮৩ ||

খিকথরবে মকমদুদা
মহৈ- মহৈ পাইরক্কুনা
হেক্লকবা নাইনদনা
লাইবৈপাক ওইরে মকম অদু।

||৪১ ||

অসিদগী শক্লবকই
" সন্দ্রেম্বী থোবকও
নহূম পোন্দেন শাবিগে
লাই খুবাক খুবিগে।"□

(২৮ মে, ২০০৯)

## ১৪

# লৈবাক্কী মপী মপা

॥১॥

লৈবাক্কী মপী মপাদি
লৈবাক্কী মন্ত্রীশিংসিনি,
ফিদম্লি লৈবাক্কী মন্ত্রীশিংসি
মন্ত্রীদি লৈবাক্কী ইচ্ছংনি।

॥২॥

মন্ত্রীগী থবক অসিদি
মপান্দগী উবনি,
হেক উহন্দবদা
মন্ত্রীগী থবক ওইদবে।

॥৩॥

লৈবাক্কী মীহুৎ খুদিংমক
ফাত্তোক্লিবা লাইবিক্লি
লৈবাক হুপ্পা পাবিবনি
লৈবাক্কী লাইবক্তি মীহুৎনি।

॥৪॥

মীমাঙ থোক্লিবা পুলিসশিং
শকয়েং মিংশেল্লি লৈবাক্কী।
লৈবাক্কী কর্মচাবীশিং
লৈবাকসি মখোয়না পুবিবনি।□

(২০ এপ্রিল, ২০০৯)

## ১৫
# লোত্তাক পাত্তা চৎলুসি

॥১॥

ঐখোয়' লোক্তাক পাৎ অসি
ঈংনা চীক্লা লেমম্রেদা
নুং- পান ফাওনা ফজৈদা
অনী শুদ' মালেমদা।

॥২॥

কেগে ইনুংঙাল্লকপা
মোইবাং সোবা হেল্লকপা
লোক্তাক লাইজ ঈয়ায়দা
থাঙ্গা শেন্দ্রা নীংথিচীং।

॥৩॥

কেনা মৌনা তাউবিবা
য়াওশুলাকপা খৌদেমচীং
চীংখোঙ পাৎয়া লশ্বীশিং
তাংজ লিলগুম চেল্লিবা।

॥৪॥

য়াংলৌ লম্মখাঙসিদা
মোইরাং পাথৌ তরুকখক
নীংঙম শমজি চিন্দুনা
হোবে হোবে চৎলিয়ে।

॥৫॥

মপা তাম্বা কাউরেলগুম
অঙম অথৌ ফমদৌশিং
নৌনা ফমথোল কাবগী
কেগে কংলা কাগুম্মী।

॥৬॥

খরা অমুক চৎলগা
কুচু কুমেন পানশ্রবী
মায়থোং লৈহাউলৈগুশ্বী
নিংঙোল মবি চৎলম্মী।

॥৭॥

অচেক ফনেক মথক্তনা
ইবং লংবা মোইবাংফি
মকোক্তনা কজেংলৈ
ব্রাহোংগুম্না চৎলম্মী।

॥৮॥

থাঙজীং লাইগী লাইমাঙদা
জগোয় খুথেক কম্ভৌগী
নংহৌববোই মতাগুম
তহা তহা চেনগুম্মী।

॥৯॥

চীংয়া কাচিন অমদনা
শীংউৎ শীংনাঙ মনানা
কোবৌ তেমশীংনবিবা
মরক্তুদা কৈজাউ অমা।

॥১০॥

খোইরেন তাক্কী কৈজাউদু
খুমাঙ শং তিংথোক্তুনা
ইচাউ চাউনা কৃপ্লিয়ে
কয়াদি চীংলেমখবে।

॥১১॥

ঙা- ঙ্গান্নবা নখাঙগী
নাকল নাক- য়েং অনীদা
অঙৌবা মিংপান থত্তুনা
পিশুম অনী থেক্কংলি।

॥১২॥

থক্কী চীনবান অনীদা
লল্লপ লল্লপ হৌবিবা
অতিংবা কোই খরদু
নুপা থোকপা মতৌনি।

॥১৩॥

অদৈ পংলাপ লাপতনা
কেগে নুপী অনিখক
তিজোই শজীক ফাম্লিয়ে
থৌ- ব্রা ইশা শাদনা।

॥১৪॥

মখুত্তা থাঙ্গোল পায়দুনা
শকই " চেক্লা পাইল্লবনা
পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা..."
ঐখোয়দগু য়েংঙকই।

॥১৫॥

খবা অমুক চৎলগা
মোইবাং হিগা লম্বীদা
চাউথোক চাউনা লেপ্লম্মী
নিংথৌগী শামু য়াইশদো।

॥১৬॥

ময়া য়েৎনা নম্লদুনা
লৈবম্মী চপ্লু লেপতুনা
মনাতোন থেক্কৎলদুনা
খোঞ্জেল হৌনা লাউনীংগুম।

॥১৭॥

ৱাঙ্গোন নিংথৌ চিংখূবগা
নোংবান অথা কোংয়ানবগা
অনী লৌতুনদুনা
শামু খোঙদা য়েৎখিবদো।

॥১৮॥

লাঙ্গোই খোঙদা পুনখিবদো
কেগে লমজা খম্ববু
মোইবাং খোবী কৈথেন্দা
চেগাইনা শৌ শাবদা।

॥১৯॥

থাঙ্গা চীংমৈ থেলদনা
কবাং নিংথৌ চীংলোমদা
খোঙদোইনবা হিগী য়ুম
শবেং শবেং তাউবম্মী।

॥২০॥

কবাং নুপী ময়ুমদা
মরান লুহোং লেঙদৌ'গী
কেবা য়া'মখৈ কেববা
লুহোং খোঙবু থিল্লিয়ে।

॥২১॥

হিগী য়ুম(হিয়ুম) তোংদুনা
কবাং ঈথৎ থুংবদা
তৌরম্মিবা অদুনা
অমুক্কা হেন্না ঙকখবে।

॥২২॥

লম্বীদা উশা অমদা
নোংইন অমা তোংলম্মী
লৈখিদ্রে খল্লুববনি
কয়াগী মতীক ফজদ্রে।

॥২৩॥

অরংবা কোনা মচুদা
অমুবনা তুবৎ-তুবৎ
ফৈনা লাংবা মমৈদু
চুমথ্রিং থাদবদুনা।

॥২৪॥

তঙাং তঙাংবা খজাইদৈ
মচু মখল মথেলনা
লৈতেংলবা মচীন্দু
কোনতক থিন্দোক্লদুনা।

॥২৫॥

চবৈ ফিশাং তিংগুম্না
পূমশাং শাংনা তাবিবা
য়াংদৌ লম্বী লমদাগুসিনা
থেম্না নৌনা লমজিংলি।

॥২৬॥

খবা অমুক চৎলগা,
ইথা হেক থাজদনা
অমগু 'মুক লৈবন্মী,
চেক মচুগী নোঙ্গৌবী।

॥২৭॥

মকোক মুবপ তৌবদুনা
ইনোয় নোয়না তোংলন্মী
অশোঙবা মোংশোং মবক্তনা
বাহোংশিংগা লোয়ননা।

॥২৮॥

কবাং নিংথৌ লাইবুঙগী
লূনা নান্না লৈতেংলবা
পাক চাউখ্র' মাগুগুদা
মীনা ফিঙৌ ফৌবন্মী।

॥২৯॥

কোঙ্গোল থিনবা ফিজংনে
চোঙনে পেনে লৈতেংঙি
মপাল লমগী মীয়ামশিং
লৈমা জগোয় য়েংঙন্মী।

॥৩০॥

নুবা ঙাংঙোই ইবেম্মনা
শক্লিবা থৌগল ঈশৈদু
মালেমগী লোন নিপান্দা
তাবি মাঙপ মনুংদা।

॥৩১॥

মহৌশাগী নীংথিবনে,
খুৎশেমগী ফজবসিনে
অনী পূনবা মফম অসি
থবায় তানা য়েংমিন্নবি।

॥৩২॥

তাল্লকসিদা ইখং- খংনা
নোংখাকপগুম লাউবকই
"মজাইবেম্মা ! মজাইবেম্মা !
লাঙ্গোই শগোল খাম্বিখো- ও।"

॥৩৩॥

"মজাইবেম্মা ! থোইবী-ও !
লাঙ্গোই খামখো চেনখিনো"
নোংবানগী য়াক্ল' খোঞ্জেন্নি
উচেক থায়া পাইথোক্লে।

॥৩৪॥

মাঙদনা থৌরি থোইবীনা
নোংবানগী শগোল কাকবা
মথায় খুবাক্তা হাপতুনা
নুংশিৎকী মমাঙ থাদুনা।

॥৩৫॥
তুংদনা নোংবান কোংয়াম্বা
লৈজবী থানা তান্নবি,
মমোম লাংলেন থাদোইবু
নমদুনা ফাগদৌবগী।

॥৩৬॥
নুংশি হৈতবা শাদানবনা
মথ্বায় হিংনবা চেল্লিবী
য়াবৌ শক্তি তান্নবগুম
নোংবান্না ফাদৌ'গী তান্নবি।

॥৩৭॥
থোইবী পনবা তৌদনা
নোংবানগী শগোল থৌদুনা
চেংগৈ পাৎতোন য়ৌখরে
খম্ব'ই মরানয়ায় থুংখবে।

॥৩৮॥
নুংশি হৈতবা নোংবানগী
মখুক্তে নাম্থোবক্লুনা
মথ্বায় খুবাক্তা হাপতুনা
নুংশি কাদা থুংখবে।

॥৩৯॥
থোইবীনা পম্থুংবসিদা
পেল্লদুনা চেক্লা অমনা
চেক্লা মখৌ ইপোঙ পোঙ
থোইবীবু চিংনা কৌরকই।

॥৪০॥

“পি- থাদোই ! পি- থাদোই !”
পাবেম্বনা থাবম্বা
তলা পামেল ঝাংথোইবা
মনাবত্তা তোংলগা।

॥৪১॥

থোইবীনা মদু তাবদা
“ হাদ চেক্লা নুংশিবী
চেক্লা চাদি অপিখক
ঐবু কৌনা খোংলিবী !”

॥৪২॥

“পেল্লিদকো ইতাবোই !
হয়েং আ. তুং ফাওবা
ঐবু কৌনা খোংবিউকো
থক- খা অনী ফাওননা।’

॥৪৩॥

“ থাদোই ঐগী য়াইবিসে
চেক্লা নংগী খোঞ্জেন্দা
তিনবা ওইজবগেকো।”
নুংশিনা পাউমেন্নখবে।

॥৪৪॥

পি- থাদোই চেক্লানা
অদুঙৈদৈ খোংলকই,
থাদোইগী য়াইবিনা খোম্মাং হাপ,
লোত্তাক ঈমায়দা খোম্মাংয়ৈ।

॥৪৫॥

"পি- থ্যাদোই। পি- থাদোই।"
থাদোইগী নুংশি কোলোইনা
থকশু- খাশু থুম্মাংলি
ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা।

॥৪৬॥

'শুম্না ঙসি ঙসিশু
উংলি লোক্তাক পাৎনুংদা
মমোম লাংলেন থোইবীগী
অঙকপা নুংশি কুম্মেসি।

॥৪৭॥

লাউ- ও ইতা চান্নবী।
লোক্তাক পাত্তা চৎলুসি
নুংশিন্নবা থবায়শিং
লোক্তাক পাত্তা হিংহৌই।□

(২ নোবেম্বর, ২০০৯)

# ১৬
# থোইবী লোই অমুকশু থাবা

॥১॥

" লানশ্রেতা হায়য়ু লাংলেন
নঙনা হায়খিবশিংদু
লানশ্রেবু হায়ববদি
হলহনবিগে কেগেদা।"

॥২॥

" লৈবশু য়াহনবিগে
নয়ুম নবানয়াইদা
লৌথোকপিগে ঙাবেংখোই
শিবগী মৈহুম মোবোক।"

॥৩॥

'শুম্না ঐবু লালহনবগা
ইবৈবাঙ্গা হল্লকপগা
ওইনবসি তেবী- মেবী
হায়না ঐবু থেম্বিগনু।

॥৪॥

ইবৈবাক ইতাবোইশিংবু
ইথায়মক্লি খঙবিবা
ঐনা লানশ্রে হায়বসিদি
ঙমজবোইয়ে ইবুংশিংবু।

॥৫ ॥

ইথ্নায় পাম্মুবদগী
নুংঙাইনীংবা ৰবদৈ
অচুম্ববু মীবায়দুনা
থাদোক্লম্মো হায়বিগনু।

॥৬ ॥

ঐবু লান্দম্রে হায়হন্নবা
তকশিনবিবা অসিনদুম
হেন্না হেন্না চেৎশিলহল্লে
ঐনা হায়জখিবশিংদু।

॥৭ ॥

" ঐগুম্বী নুপীমচাশিংবু
থায়নৈ মতমদা হিংহনবিবি
চৎনবি ওইহনবিদুনা
ৱানা হৈনহনবিবি।"

॥৮ ॥

চুম্মী, ঐনা হায়জখিয়ে
অচুম্বদৈ নুপীশিংবু
ইম্বদুনা থম্বিবি
কাখৎ' ইঙম ঙমহন্দনা।

॥৯ ॥

মসি কবম তৌসিগে
হংবা ফাওবা য়াবিদে
মদু হংলুবদগী
ঐবু লোইদা থাবিবে।

॥১০॥

অশুম্বশু হায়জখিয়ে
মতম'মদা নুপীশিংসি
লম্বী চৎফাও কিনবম্মী
মতমদুদি হৌব্রবনি ।

॥১১॥

মতমদু হৌদ্রি খল্লগনা
অকি কোক্ল' খন্নবিসি
মদু'ই মহৎ তাম্মোকপিবে
অচুম্বদু হায়জকবৈ ।

॥১২॥

নুজা ঐগী ইকোকসিদা
মৈহুম মোবোক থাজীনবিবা
ঐবু লোইদা থাবসিনা
মৈচুবিবে নুজা ঐবু।

॥১৩॥

নুজা ঐগী ইকোকথত্তা
সনজীংনা ননশিনবিবে
লুম্বনা শিবে নুজা ঐদি
লৈগী ফিজঙ মনুংসিদা।

॥১৪॥

কোত্তা ঈশিং চাইনবেনে
কনাদশু হায়দোকচদ,
অবাবসি লৌথোকশিম্নু
হায়জবিয়ে হন্না হন্না।

॥১৫॥

নুপীচা ঐবু ওৎপিবসি
লোইবা খম্বা নাইদমাল্লে,
নহালমুকী লাংওন্দশু
লোইদা থাবি নুজা ঐবু।

॥১৬॥

ইয়ুম কেগে মোইবাংদগী
কবো শেনবী পদাংখোংদা
থাবি লোইদা নুজা ঐবু
নুপীচা'মা ওইকবগী।

॥১৭॥

হৌরবোই নীংঙুই থায়নৈ মতম
ওইবম্মে হৌজিকশু থায়না অদুম
হৌজিকপু থায়নদা শিন্নথোকপা
লৌশিল্লু য়াখিদ্রা থায়ননবু।

॥১৮॥

নুপী'ই মতাংদা নুপীশিংবু
বা'মা কাওথোক য়াহন্দবা
চুমদবনি হায়বিসিদি
উৎলে কোবৌ অঙানবনা।

॥১৯॥

শুম্মা হায়জখিবতনি
লাল্লবশু তাকপিয়ুনে,
খন্ন- নৈনা য়াহ্নবিয়ু
তাকপিনীংবশু তাকপিয়ু ।

॥২০॥

অদুইদমক য়াহনবিয়ু
ইবৈবাগুনা হল্লকপদি,
লৌথোকপিয়ু মৈহুম মোবোক
ঐবু কবি ওইবসিগে?□

(৪ ওক্টোবর, ২০০৯)

## ১৭

## চীংনুংহুৎ

॥১॥

মতীক মঙাল চাউববা
মোয়োন নিংথৌ পাঙ্গনবগী
মমোম লাংলেন ইবেম্মা
শংনু কৌবী শকহেনবী।

॥২॥

পলেম পম্থৌ অনীগী
অয়ুক থোকপা শজিক্লুম
নুমিদাং ঙানবা থাবাগুম
তাঙনা পোকপী মমোম্মি।

॥৩॥

চেংলৌ শত্তুম শুঙ্গুৎপী
বাহৈ বাতা ফজবী
বাখল লৌশিং চঙখোনবী
লাইগী মচাগুম্বীনি।

॥৪॥

পম্মৌগী থাজ ওইবিবী
মতীক ময়াই চেল্লবী
শংনু'ই কোলোই শাৎলক্লে
মাইকৈ পূম্বা শীনখবে।

॥৫॥

অবাপ' লৈবাক কয়াগী
খুৎকন পাঙ্গন নিংথৌশিং
অঙম অথৌ কয়াশু
শংনু হায়বা লাক্লবে।

॥৬॥

তাইবং মীদৈ হেন্দুনা
খোইয়ুম ফাওবা য়াওবক্লে
শংনু হায়বা লাকপসে
লাইনিংথৌশিং লেঙঙকএ।

॥৭॥

শুগু মায়কৈ ঙাক্লিবা
ঈশিংগী লাই লাইনিংথৌ
বাংব্রেন খানা চাউবশু
শংনু হায়বা লেঙঙকএ।

॥৮॥

মচা'ই লাংওন অসিদা
শংনু'ই পলেম পম্মৌদি
মচা'ই দমক বাখরে
করম থোকঅগবনো!

॥৯॥

বাংব্রেন শংনু অনিদি
অহানবা উন'মক্তা
নহানপোক্কী লৈপুনগুম
থম্মোয় থম্মোয় শিন্নম্লে।

॥১০॥

"নিংঙোল য়াইবি থবায়সে
খবায়থক্তা লৈহাপ্পা
লৈবোং লাইদা কংপগুম
থংলেন কাদা কংচবে।"

॥১১॥

বাংব্রেন নিংথৌ পাঙ্গনবা
নুরা মাগী লেপখবে
পুন্সি লৈপুন ওইনসি
শরী পন্দোল লোমখবে।

॥১২॥

শংনু মাগীদমক্তা
বাংব্রেন খাকপা লৈখিদ্রে
তাউজিং হৈজিং কাখরে
য়ুমলাই লমলাই খুকম্মে।

॥১৩॥

শংনু'ই পলেম পম্মৌক্ত
বাংব্রেন খৈনা খোয়দারে
মচা লাংলেনগীদমক
নুংঙাই য়াইফ থৌনিজ্জে।

॥১৪॥

ঝাংরেন শংনু অনীগী
মবান লুহোং পাঙথোকম্রে
মীশু লাইশু তিনখিবা
ঙকপ্ল' লুহোং কুম্মৈদা।

॥১৫॥

নৈবাক পুম্না হবাওনৈ
ঝাংরেন শংনু লুহোংবা।
'দুবু খোয়দৌ শীকখিবা
খোইয়ুম অমা য়াওখবে।

॥১৬॥

নোংপোক মায়কৈ পাংবদা
তৌগে হায়'দ ঙম্মিবা
খুন্দং লাই- ও কৌবদু।
কলক য়েংথী পোকখবে।

॥১৭॥

" খুন্দং ঐগী ইতীকসি
খঙহনগেদো শবীশো।'
অশাউ মৈহৌখিদুনা
খাম্বী মৈবু থাবক্লে।

॥১৮॥

নৈবাক মাঙনা তৌবক্লে
নোংপোক মৈবম পাংবদ'ই
মফম খুদিং কোয়চেন চেন
মৈবী মৈজাও চূবক্লে।

॥১৯॥

মায়কৈ খোন্না চাক্কুনা
মৈনা নোংদোন পকখবে
তম্পাক পূম্বা মৈচাক্লে
য়ুম-কৈ তাঙ্জোই ওনখবে।

॥২০॥

নুমিৎ শীংবুম কয়ানি
লেপত্না চাক্লক্লবদা
মৈনা তম্পাক তুমখবে
চীংদা কা'না খাঙনখ্রে।

॥২১॥

ঈশিংগী লাই বাংব্রেন্না
লেপ্লে লৈবাক কল্লগে,
অকন' নোংজু হৈথবে
অতৎ অখম নাইদনা।

॥২২॥

অহিং নুংথিল চুদুনা
নোংনা মৈদু মুথৎলে
খাম্বী মৈজাও য়োংখবে
মৈনিল ফাওবা লৈতবে।

॥২৩॥

পাকখ্র' তম্পাক লমনুংশিসি
ঈশিংনা পুংলং লংখরে
সমুদ্র গুম্মে তম্পাকসি
চীংদা অদুম খাঙনখরে।

॥২৪॥

ৰাংব্রেন পাউতাক মতুংইন্
শংনু চীংদা কাখবে
শংনু কাবম' চীং অদু
শংখুচীং- ও' কৌনখি।

॥২৫॥

ঈশিং চিথোকফমদি লৈত
তম্পাক ঈবীখিদুনা
থাশীং কুমশীং নাইদনা
খুম্ভাক লানশিনখবে।

॥২৬॥

নুংশি চাউবী শংনুদি
অৱা' পন্দোল লোমখবে
ৰাংব্রেন লাইবু খুকমজৈ
তম্পাক কংহনবিনবা।

॥২৭॥

" ইথ্যায়গীদি মপু- ও
খৈনা ৱাবে' তম্পাকসি
ঈশিং কংহনবিবোনে"
" চুম্মী তৌসি পাম্মুবী।"

॥২৮॥

'শুম্না ৱাতান্নবগা
ঈশিংগী লাই ৰাংব্রেন্না
চীংদা ঈরম হৎখবে
ঈশিং চিথোকখিনবা।

॥২৯॥
খারোম থংবা চীংশাংদা
চীংগী চীংনুং ফাওদুনা
অচৌ' মখুল হৎখরে,
বাংব্রেন খানা চাউবনা।

॥৩০॥
চাউব্র' ঈশিং ঈপাক্রু
চিথোক্ল বগীদমক
চীংনুং হৎলি হায়বগী
চীংনুংহৎ- ও। কৌনখি

॥৩১॥
চীংনুংহৎকী ঈচেলসি
হেন্না য়াঙনা চেন্দুনা
তম্পাক থুনা কংনবা
ইমা শংনু বাজখি।

॥৩২॥
বাজববী শংনুনা
ঈচেল থৌকননবা
মশা'ই চৈশু লংথখি
চীংনুংহৎকী ঈচেন্দা।

॥৩৩॥
কন্না চেল্লি' ঈচেলদু
চৈশু য়াইওইবদুনা
কন্না কন্না থৌথখি
হেন্না কন্না চেলহনখি।

॥৩৪ ॥

ময়ুম মকৈ তাকশ্রবা,
চীংদা কা'না খাঙজিবা,
মীয়াম' ব্বাবা উবদা,
শংনু খাঙবা ঙমদবে।

॥৩৫ ॥

নুংশি চাউবী শংনুনা
নমদা ইল্লি' ইন্নফি
ঈচেলদুদা লংথখি।
ঈচেল কন্না থৌনবা।

॥৩৬ ॥

শংনু'ই পায়মা উনগোইনুং
নুংশিবনা থুম্মংখ্রে
তম্পাক ঈশিং কংনবা
ঈচেল ওইনা চেন্নীংঙে।

॥৩৭ ॥

মখুৎ লোন্নবদুনা
মবুংঙোবু খুকমজৈ
" ঐগী ইথায় ইপুবোই !
ইশামক্লি নহাকসে।"

॥৩৮ ॥

" তম্পাক্কী ঈশিং ঈপাকসি
কংবা কৌবা লৈতবে
ঐবু করি ওইবসিগে
ইমা লৈবাক্কীদমক।"

॥৩৯॥

" ঐখোয়নী অমত্তা ওইনা
চেনমিন্নবসি ঈচেলসি
নশাদা ইশা তিঞ্জবগে
ঈশিং চিথমিন্নবসি।"

॥৪০॥

অসি হায়না শংনুনা
ঈশিং খুজোক কৎচবে,
কোত্তনা ঈশিং হাপচবে,
পলেম পম্লৌ খুকম্মে।

॥৪১॥

ঊনবি পুক্লীং নুংওন্না
মতাশিংগা কোন্নবে,
নুংশি চীনগোইনবম্ম'
ঈচেলদুদা চোংথম্রে।

॥৪২॥

শংনু হেক য়াওখিবগা
ঝাংব্রেন শংনু অনীনা
থৌবী মবৈ তাবগুম
পূন্না চেনমিন্নখবে।

॥৪৩॥

ঈচেল পাইনা চেনখবে
তম্পাক্লী ঈশিং ঈপাক্তু
থুনা য়াঙনা কংথম্রে
নৈবাক ঝাবা কোক্লবে।

॥৪৪॥

শংনুনা চোংথখিবা
ঈচেল মবীল অদুমক
তুবেল ওইনা চেল্লিয়ে
পাক্লা চাউনা ঙসিশু।

॥৪৫॥

শংনু'ই মমিং লৌদুনা
শংপী তুরেল কৌখবে,
ঙসিদি কৌরে চকপী- ও
শুগ্নুগী খা পাংবদা।

॥৪৬॥

ঈমা শংনু লাইবেল্পী
নুঙগী শক্তম লৌদুনা
ঙাঙ্খোইদুনা লৈবিবি
লাইমতোনগী চীংয়াদা।

॥৪৭॥

মপোক লাংওন অশুম্বা
তম্পাক কংহনবিখিবী
শংনু'ই নুংশি ঈচেলসি
ঈচেল চাউনা চেল্লিয়ে।

॥৪৮॥

ঈচেলসিনা লীবিবি
বাংব্রেন শংনু'ই বাবীসি
মালেম মীপূম খুদিংদা।
চীংনুংহৎ- ও! কৌদুনা।□

(১০ জুন, ২০০৯)

১৮

## মান্নবা

॥১॥

মীওইপোক্কী কোক্কী মণি
“ চপ মান্ননা পোক্লকপনি”
খঙবা ঞ্জানসি ফংঙকপনি
লৌশিং মঙাল লাক্ল’ কান্দা।

॥২॥

হায়নবম্মী হয়ি চত্তনা
লৌশিং মঙাল মল্লিঙৈদা
“ ঐদি মপোক ৱাংঙকপনি,
মাদি মপোক অনেম্বনি।”

॥৩॥

লাউনবম্মী থায়নঙৈদা
লৌশিং মপুঙ ফাব্রিঙৈদা
“ মখোয় ঐখোয় খেন্নবনি
খেন্না খেন্না পোক্লকপনি।”

॥৪॥

থায়নৈ যুগতি যাত্রা ওইখ্রে
খেন্না ৱাখল পুবদুনা
ইঙাল ঙাল্লে হৌজিক অসি
উৎলে মীসে মীগা মান্নে।

॥৫॥

মীদি মীনি মান্নৈ খঙবা
মীওইপোক্লী অথোইবা জ্ঞান্না
চেৎশীলহল্লি নুংশি- লীগূন
থিকথবিবি চান্ন- অমৃত (চান্নামৃত)।

॥৬॥

খেন্নবা খাঙবা ঙমদবশিংনা
তুমিন তুমিন চৎনবক্নে
খেন্নবা থম্না লৈকোন্দগী
খেন্নবা থমদবা লৈকোল্লোমদা

॥৭॥

লৈকোল অসি হাঙবা হৌবে
থাজ্জিলহৌসি অনৌবা লৈবাং
খেন্নবা থমদবা লৈকোল ওইনা
ইমা'ই লৈকোল হাঙদনবা।

॥৮॥

হাঙলগদি ঐখোয়দনি।
হাঙহনগুমসি ইমা'ই লৈকোল
খুকমজবি হন্না হন্না
ইমা'ই মচা খুদিংমত্তনা। ▫

(২০ জুলাই, ২০০৯)

১৯

# মান্নবগী শক্তম

॥১॥

পুক্লীং ৱাখল ফিদমগী পল্লেপফম ওইবিবী
খুকমজবি ইবমদম ইবৈবাক ইমা।
খেন্নবা লৈতবা মান্নবগী শক্তম
ফুকপশিংগী মীয়ামগী থবায় ওইবিবী।

॥২॥

অমনা অমবু হস্থনা খন্দবা
অনেম অৱাং ৱাখল্লোল লৈনদবা
চপ-মান্নবগী ৱাখল্লোনসিনা
চিংশিল্লি পূন্নমক ইমা নঙোন্দা।

॥৩॥

ইবৈবাকসিগী মচল ওইবিবা
ফুকপ খুদিংমক ফুকপ অমমম
পিক্লবশু ফুকপ চাউববশু ফুকপ
চীংলেম্বা ৱাখল্লোন্দা চপ-মান্নবি।

॥৪॥

ঐখোয় খুদিংমক ৱামিন্নখি
থবায়দৈ হেনবী ইমা'ইদমক
অৱাবা কোজায় খাঙমিন্নখি
ৱামিন্নখিবনা পুনশিল্লে ঐখোয়।

॥৫ ॥

ঐখোয়গী পুন্সিদি অপূনবা পুন্সিনি
য়োকপিবি ঐখোয়বু ইমানা পূন্না
নচাশিংগী ফীদম ওইবিবিবী
ঙানবিয়ু লংনা মালেমদা ইমানা। □

(২৮ জুন, ২০০৯)

## ২০
## মীচা নুংশিবা

॥১ ॥

মীওই মখল মথেলশিং
লৈমিন্নবা পুন্সিসি
ওইবি পুন্সি সমুদ্র
ঈথক ঈপোম হৌববা।

॥২ ॥

মীনুংশিনা থল্লবা
থম্মোয়না লৈতেংলবা
য়াওবি মীওই কয়া'মা
মীয়াম মবক অসিদা।

॥৩ ॥

মীনুংশি ইয়াও য়াওদবা
থম্মোয়না লৈতেংলবা
মীওইশু অদুম য়াওবি
ঐখোয় ঈরক অসিদা।

||৪ ||

অসিদগী হৌবকখি
পুন্সিগী কুম্মৈ ময়াম
থিনবকখি লম্বীশিং
মীওইবগী পুন্সিগী।

||৫ ||

অফবনি খন্দুনা
ফজ' মমিং থোন্দুনা
মীহাৎ মীনৈ শৌগৎখি
পম্বুং ওইনা পাঙথোকখি।

||৬ ||

মদু'ই মহে মৈগী চীং
মফম খুদিং মৈবীক মৈজাও
শীনবা থুংনা মৈনা চাক
অবা পন্দোল লোম্লখি।

||৭ ||

ৱাবনা কাব' মীওইবা
চঙজবকখি কাইনথংদা
থম্মোয় মন্দিব মনুংদা
নুংশিহৈবা মপুদা।

||৮ ||

চানবিদুনা মপুনা-
" নমু তাইবং খুদিংমক
মালেমদা থাবমদাইদা
নুংশিবা য়েনবিখিবনি।"

॥৯॥

" ইচা নুংশিবা থুংবদা
মীচা নুংশিবগুম থুংখি
মীপূম খুদিং থুংখিবনি
অমত্তা চিথ নাম্বদনা।'

॥১০॥

" থম্মোয় নুংদা য়াওবিবা
নুংশি তুঙনফমসিদা
মীগী মীচা নুংশিবা
চোন্না পানা হাপখিবনি।"

॥১১॥

পুক্লীং ঈংনা ফাথনা
মীগী মীচা নুংশিবা
মীপূম খুদিংদা য়েম্থোক্লদি
থম্মোয়সি থনগনি অমৃতনা।

॥১২॥

মপুগী য়াবা অসিদা
মীপূম খুদিংনা ফাওজখি
থম্মোয় নুংদা য়াওবিবা
মীগী মীচা নুংশিবা। □

(১০ নোবেম্বর, ২০০৯)

# ২১
# লৈশেম ইশৈ

॥১॥
তাইবংপানগী লৈশেম ইশৈ
তাবি চিক্লা থম্মোয়নুংদা
মীনুংশিগী অহিংবা ইশৈ
থম্মোয়গী লোন্দা শক্লকইবা।

॥২॥
মীনুংশিগী ইশৈসিনা
গ্রহ্ কয়া থাজ কয়া
মফম চানা লেংশিনবিবি
মিৎকুপ অমা কায়হন্দনা।

॥৩॥
ইনক নক্লা ধ্রুবতাবা
শুন তবংদা ঙানবিদুনা
ঙসি ফাওবা লমতাকপিবি
ইশৈসিগী সুবসিদা।

॥৪॥
অশোমদনা মালেমসিদা
মীনুংশিগী ইশৈসিনা
শেমগৎপিরি অচৎ- চত্ত
লেংলি- পাম্লি পুন্সি কয়া।

।।৫ ।।

তাইবংপান্দা অনী শুদবা
মালেম অসি কেনা মৌনা
নৌদুনতা লৈহনবিবি
ইশৈসিগী সুবসিনা।

।।৬ ।।

মীনুংশিগী ইশৈসিনা
তাইবংমীসি য়োকখৎপিবি
ফত্তববু ফহনবিবি
অমম থম্মোয় ঙাম্থোকপিবি।

।।৭ ।।

শক্তি লৈশেম ইশৈসিনা
“ ইমা’ই নিংথেম মীওইব - ও
মীনুংশিগী সুবসিদ'
পুক্নি পন্থুং য়ৌবকউকে'।”

(২৫ নোবেম্বর, ২০০৯)

২২

## ঙাইজরি

॥১॥

পুন্সি চেঙজেল পুরদুনা
পুন্সি চুপ্পা থিনবিবা
অচুম্বসি থাঙ্জেশেংনা
উনরদি চেল্লসিবা ?

॥২॥

অচুম্বগী মিংলেনতবু
শকচ - শোঞ্জ লেঞ্জবিবা
অচুম্বগী বাবীতনা
পূমথন - থনবা ইবমদম্মি।

॥৩॥

হন্দকসিদা চেল্লা 'মনা
অচুম্বদি 'সিনি হায়না
থোবকপদা করি'ইদমক
ইপা পাখংনকন্দগে ?

॥৪॥

অচুম্ববু থায়নঙৈদৈ
কৌনরিসি অওইবোইনা
থাঙ্জেশেংনা লাক্লগদি
চেনগে হায়না কৌবা নত্তে

॥৫ ॥

মহৌশানা ফজবিসি
অচুম্বনা থবায় ওইবি
তাইবংপান্না হিংলিবসি
অচুম্বগী মপান্নানি।

॥৬ ॥

ওইবি মিহুন তাইবংপানগী
অচুম্বগী তাম্বাসিনা
অচৎ- চত্ত পূম্নমক্কী
লীচৎ ওইবি অচুম্বনা।

॥৭ ॥

অচুম্ববু ঙাইজবিয়ে
খুৎশম্মনা ঐখোয় পুম্বা
অচুম্ববু ওকচবিয়ে
মহৌশাগী তম্পাকসিদা। □

(২০ সেপ্টেম্বর, ২০০৯)

২৩

# মশক অসিগা

॥১॥

অচুম্বগী মশক অসি
অশুম্নমক মতৌর'দি
মান্দেবু অচুম্বা অসি
তিন্নবদা নুংঙাইদৌবা।

॥২॥

কদাইদনো অচুম্বসি
"ফজৈ" হায়নবিবসিবো?
হন্দকসিদা শকফম অমা
থাজদনা থোবকইসে।

॥৩॥

শোমদা য়াওবো য়াদমখৈ
মতৌ ইমান মাঞ্জদনা
ইঈং- ঈংবা মশকসিগা
চুমদ্রিং লেপ্পা শুম লৈ হায়মি।

॥৪॥

অসিবনে "অচুম্বা- ও!"
হায়না কৌনবিবদুবো?
উদেনা 'সিগুম্বসি
নহান মখৈ ঐখোয়সিদা।

।।৫ ।।
নুংঙাইল্লবনিদকো
ওইদবগা তিন্নবদো,
অচুম্বদি অমখক্তগা
ওইদবদি মপান নাইদে।

।।৬ ।।
ওইদবগী লৈবাক্তদি
অমম্বনা মৈরা ওইনৈ
ওইদবা ময়াম লিংখক্তুনা
মীওই খবৈ জীবিকা ওইনৈ।

।।৭ ।।
ওইদবনা পাম্লিঙৈদা
ওইথোক্তবা হায়বা লৈতে
শেন্না থোং থাবদুনা
অওইবোইনা লাম্লিবনি।

।।৮ ।।
ওইদবগী মবক্তদি
ওইদবগী ওইদ' ঙাক্তা
অসিদনি নুংঙাইবিবা
ওইদবদা য়াওশিনবগী।

।।৯ ।।
ওইদবগী বারীসিদি
পঙ্কজবা ঐথোয়দদি
অচুম্বনা কৈদৌরুনি
কপ্নি নোকই জগোয় শাই।

॥১০॥

ওইদবা ঐখোয় মশেন্দি
পৎ- তৎনগু নুংশিনজৈ
অচুম্বনা চপলকপদা
ঐখোয় মশেন কনখৎনজৈ।

॥১১॥

ওইদবসি ঐখোয়গীদি
শেন্দানলম্বী অবোনবনি
হায়দোকচদে কনাদগু
মকপ অশেংবনি ঐখোয়।

॥১২॥

ওইদবদা য়াওশীন্দুনা
শান্নবগী মনুংগাইদি
লেপ- শৌ থুম্বা সমুদ্রদা
চোংথদুনা শান্নবনি।

॥১৩॥

হো- ওইদবগী মরুপ- শা
থোকপিবক- ও মীচঙ য়ামসে
ওইদবগী সমুদ্রদা
চোংথদুনা শান্নকসে।

॥১৪॥

ঐখোয় ময়াম পূনশীন্নসে
চিংনবিনো ফোংদৌ' নত্তে
মীপুম তিংনা খঙনরগু
অরোনবনি অরোনবা।□

(২৫ সেপ্টেম্বর, ২০০৯)

## ২৪

# বেষ ওনবা

॥১॥

নীংতম্বা লৈবাক্কী প্রজানি ঐখোয়
সংবিধান্না ঙাকপিবি ঐখোয়গী নীংতম্বা
সংবিধান্না কনবিবি ঐখোয়গী বাইটশিং
বাইটশিংসি শেন্নবিরি কোর্টনা চেকশিন্না

॥২॥

থায়নঙৈদে ঐখোয়সি মীপাল তাংনীংদবনি
তাংনীংখিদ' ইপা ইপু'ই মচা মশু ঙাক্তনি
চাউথোকচৈ মসিগী ঐখোয় খুদিং ঁ্রোজিকশু
পোকপদে লোয়নবকপা গুন্নি মসি এখোয়গী।

॥৩॥

মীওইবগী হকশিংশু লৈবি মদু'ই মথক্তঃ
মালেমগী লৈবাকশিংনা ঙাকপিবিবা হকশিং
পুন্সিগী, নীংতম্বগী, মান্নবগী, ইজ্জৎকী
ঙাকশেল্লি হকশিংনা থবায় য়াওনা ঐখোয়বু।

॥৪॥

পূমহেন হেনবা গুণ 'মশু লৈজবিয়ে ঐখোয়গী
লৈনুং ফাওনা উবঙম্বা লৌশিং অমা ঐখোয়গী
" ইবৈবাকসি'ই মনুংসিদা থম্মসিবা ঐখোয়না
অচুম্বগী মণি মতুম অমত্তং শাগোন্ননা?"

॥৫॥

নীংতম্বা ফংলবা অকি খুদুম চল্লবা,
বাইট হক সংবিধান কোর্ট ময়ামসিগী মরকসিদা
থম্মসিবা শাগোন্নবা অচুম্বা 'মত্তং চেকশিন্না
তশেংনা থম্মসিন্না মণি অমা ঐখোয়সিদা?

॥৬॥

চেন্নবিয়ে ঐখোয়দি হঞ্জিন্নবা ৰানোমশেল,
খোইবেন মশা পাইনবি মকোক মমৈ খণ্ডনা,
কিনবিয়ে চংপা ফাও শেল য়াওনা ইশাদা
চিংনবিয়ে কমদৌবা লাক্লগনা কৈনিংচিং।

॥৭॥

'শুম্না সোমদা খন্নবিগুে তাম্নমাল্লে খন্নবিবা,
পাইখবেনে মথন্তা শাফগদৌ' য়েংদুনা
হল্লকই বেষ ওল্লগা কেথবী কৌবী চেক্লা ওইনা
মুন্না য়েংশিল্লগদি মশক অদুম খণ্ডনবে।

॥৮॥

মীপাল তাংবা হৈতবা অকি খুদুম চল্লবা
মীওই খুদিং'ই থম্মোয়দা ইকাই নুংশি য়ান্নবা
হঞ্জিন্নবা য়াদবা থৌদোক্তুদি লৈহৌবে
হায়নদৌ'খৈ হায়নবশু অদুম লৈহৌবনিদো।□

(৩০ সেপ্টেম্বর, ২০০৯)

# ২৫

# পামেল চিতেবু কাজি

॥১॥

তাদুবীগী নোংপোক্তা
শাংথ- লেংথ তাবিবা
চীংশাং পরেংশিং অসি
ওম্মোক্লা ফজস্ত্রেদা।

॥২॥

হৈংপাল লৈপালনা থল্লবা
চীংমায় চীংখোঙ চীংলাইবক্তা
লিরবা খুনয়াম পবেংশিং
ললপ ললপ্না তারিয়ে।

॥৩॥

তুবেল অচৌ' মচানা
তবং লাইজ য়েল্লিয়ে
মালং খঙ্গোল নামিবা
লিবি লিবি হুল্লিয়ে।

॥৪॥

ফজখ্রবা খুলশিংসি
অখন্নবা খুদোলনি
মহৌশানা তম্মকপা
খুঙাশিংগীদমক্তা।

॥৫ ॥

জেসামি রোম্নদৈ লাকপদা
থেংনবিনি খুনয়াম পরেং
লাই কতক্কেমাই লিয়াই তুংজোই
পাউমাতা তুঙ্গম তোবুমাই কাইবি

॥৬ ॥

মথংশিংনা লাকপনা
উবিগনি শাজৌবা
মখেলগী হেক মথংদা
তাদুবীগা তাইননা ।

॥৭ ॥

শাজৌবগী খুঞ্জীন্দা
হৌবি লাইগী উ অমা
চহী মশীং খণ্ডদনা
খুম্মোকণ্ডৈদে হৌবিবা।

॥৮ ॥

লাইগী উসি চিতেবুনি
চিতেবু কাজি কৌববা
মৈহৌবোনগী বাবীনি
নুংশিব্ববা মতাংনি।

॥৯ ॥

থায়নণ্ডৈদে খুঞ্জাশিংনা
লাইওইরবা উ অসি
কিনা লুনা লাৎচরি
খুদম চাংদম ওইনরি।

॥১০॥

লাইগী উসি'ই বারীসি
পুরাবীগী হী- য়াইনি
মতাং'মা হেক শোকউবদা
সনা হেন্তা ওইবম্মী।

॥১১॥

য়েলহৌমী ঐখোয় মখৈসি
ইচীল ইনাও ঙাক্তনি
পূন্না খুম্মোকমিন্নবকখি
পুন্নপ লাকমিন্নখি হায়।

॥১২॥

ঐখোয়না খুম্নোক্লকপসি
ইবেম্মৌ পাই চাবানা
চিতেবু চৈস্ত শুদুনা
লমজিংবিবকপনি হায়।

॥১৩॥

ইবেম্মৌনা লমজিংদুনা
অশুম অশুম লাকপনা
মখেল তুংওইনবম্মগা
শাজৌবদা থুংলখি।

॥১৪॥

হৈরাং লৈবাংনা থল্লবা
শাজৌব'ই ফজ' শক্তম্মা
পুক্লীং শুম্মংখিদুনা
শাজৌবদা পোথাখি।

॥১৫॥

চয়োম চেংজেল পুথোক্লা
অরৈ- অবৈ চামিন্নৈ
মচীন মনাও গুাঙ্গী
নুংশি বারী লীমিন্নৈ।

॥১৬॥

পুক্লীং বাখল ফাওদোক্লে
নুংশি চান্না ফোংদোক্লে
হরাও মথোয় কামিন্নৈ
জগোয় ইশৈ শকমিন্নৈ।

॥১৭॥

পুক্লীং হবা মফমদুদা
ইবেন্না চিতেবু চৈশুদু
লৈপাক নীংথি' খোঙ্গোঙ্গুনা
থাজিনবিখি ইবেন' খুৎনা।

॥১৮॥

ইবেন্না- " হাদ- চৈশু- ও!
নগুদি ঐগী থবায়নিদো
নগুনা উবা- তা উনৌ- চোং
উবেগ চাবা তম্মকউকো।

॥১৯॥

হয়েং আঃ- তুং ফাও নগুনা
ইহৎ ইবেং শিল্লকউকো
ঐখোয় 'সিদা পাল্লম্বনি
হায়'সি নগুনা লীরকউকো।

॥২০॥

ঐগী ইচা ইশুশিংসি
পূন্না খুম্হোকমিন্নবকই
শাজৌবদা পাল্লম্বনি
লীবকউকো আ·- তুং ফাওবা।

॥২১॥

শুম্না থাখি ইবেম্মৌনা
চৈশু মাবু শাজৌবদা
ঐখোয় হুপ্না খুকমজখি
ইবেনমক্লি খঞ্জদুনা।

॥২২॥

মফমদুদা ইবেম্মৌনা
মচা মশু নাউকোন্দুনা
খুঞ্জাও লৈচাও পাল্লবদা
ইবেম্মৌনা তাকপিবকখি।

॥২৩॥

"শাংল' খুম্হোক লম্বী অসি
খুম্হোকমিন্নবকএ ঐখোয়
অসিদৈদি থিনবসি
মাগী মাগী মফম চাবা।"

॥২৪॥

অসি হায়না ইবেম্মৌনা
পুজি' পাউতাক পীবিবকখি।
মশু ঐখোয় পুম্নমক্তি
মিৎলু পিবাং শিন্নবে।

॥২৫॥

থম্মোয় কায়না কপ্পবকখি
কায়না মৈশা লাংমিন্নখি
কপ্পে পেনবা নাইনদবে
মিংকী পিবাং কংনদবে।

॥২৬॥

কায়নবমদাই মতম লাকএ
ইবেন্ধৌনা ঐখোয় পূন্বা
কৌশিনবিখি চিতেবুদা
থম্মোয় য়াব্বা শিন্নবিখি।

॥২৭॥

" হাদ চিতেবু কাজি- ও
লীবিয়ুকো নওনা তুংদা
মকমসিদা পূল্লম্বনি
নখোঙসিদৈ খোঙশান্নখি।"

॥২৮॥

ইবেন্ধৌনা চিতেবুদা
'শুম্না পাউমেন্নববদা
ঐখোয় পূন্বা খুকমজখি
কায়না পিবাং কচ্চবম্মী।

॥২৯॥

ইবেন্ধৌগী পাউতাক তুংইন্না
মশু খবনা খুন্দাখি
লমশাংদুগী নাক- য়েত্তা
মকম চাবা চাবা য়েংনা।

||৩০||

মশু কাওবু অমনা
নোংচুপ পাংনা চৎখরে
অতোপ্পা কাংবু অমনা
নোংপোক মায়কৈ পাংখরে।

||৩১||

নোংপোক মায়কৈ পাংখিবা
কাংবু মচীন মনাওদু
খবনা তমদা খুন্দাখি
শৈশক্লবি অশুম্বা।

||৩২||

ইবেম্বৌগী খুম্বোক খ্বাবীসি
লীবি চিতেবু কাঙ্গিনা
ইবেম্বৌগী মহুৎ শিন্দুনা
শাজৌবদা ওসিশু।

||৩৩||

ঐখোয়গী ইবেম্বৌ শন্নবী
চিতেবু কাঙ্গিগী খুয়াদা
কৎলুসি মশু ঐখোয়না
মিংকী পিনা লাইজ ওইনা।□

(৭ মার্চ, ২০১০)

## ২৬

# নোংথাঙ জগোয়

॥১॥

য়েংবদদি লায়বোই নীংবা
অমনা হেক্তা ঙমদৌ' মানবা
তৌবদি মাতনা মঙশ্মী
নোংথাঙ জগোয় শাবা অসি।

॥২॥

মাশু পাক হেক হৈতদুনা
মপোক তবেং চঙনা তমখি
হন্দক মপোকসি থাবগা
মদুতদা ঙমখিবনি।

॥৩॥

অহানবা মপোক্কী চাংয়েংদি
" মীনুংশি শুকপোক পোক্তবা "
হায়বা চাংয়েং অদুনি
ওম্মোক্লা লুনা থোকখবে।

॥৪॥

চাংয়েংদু হেক তৌরুবদা
মীওইবগী হৌনবিদু
পুক্নীংদা মীনুংশি ফাওবক্তুনা
মদুনা থক্তুনা হেক্তা থমখি।

॥৫॥

মীনা মীনুংশি থাদোকপা
মীনুংশি শুকপোক পোত্তবা
হায়দোকপদুবু লায়বনি
কৈগী মমায় নানবনা লায়।

॥৬॥

অকনবা ভপ কয়া তৌখি
পুক্লীং অনী লোওদনা
উনা- উহৈ চাদুনা
চহী কয়া থানা লেনখি।

॥৭॥

তুংদা নোংম'ই মনুংদা
মরূ অমত্তং চাবগা
খোও থত্তনা থাঙ্গত্তুনা
মতম কয়া তপ তৌখি।

॥৮॥

মদুতদা ওমজবকখি
মীনুংশি শুকপোক পোত্তবা
নোংথাও ভগোয় শাদুনা
শেঞ্জা- থুমজা ওম্লবা।

॥৯॥

অনীশুবা মপোত্তত্ত
লৈরম্মি কনস্ত্র চাংয়েং 'মা
" অচুম- অরান খন্দবা"
ওম্লনবা হোৎনবগী।

॥১০॥

মদুনা থোইনা লুখরে
মায়পাকপা ইঙম ঙমখিদে
হেক্তনা খল্লুই অচুম-অবান
মীওইবগী হৈনবিদু।

॥১১॥

চহী কয়া হোৎনরক্ত
ঙম্মবোই নীংঙুই ঙল্লমদে
অচুম-অরান ৰাখল অসি
খল্লবোই ইঙম ঙমখিদে।

॥১২॥

মমৈদা উখোঙদা ফমদুনা
ইনৌ-নৌনা মকোক্তংগী
অকনবা তপ কুইনা তৌখি
চাদ-থক্তনা কয়া খাঙখি।

॥১৩॥

মদুতদা ঙমখিবনি
হাবী-জাবী ঙম্মনবা
অচুম-অবান খন্দবসি
মপোক্তুংগী লোইবমদাইদা।

॥১৪॥

অহুমশুবা মপোক্তংশু
থেংনবা তাখি কনম্নবা
ইতোপ তোপ্পা চাংয়েং অমা
"অচুম্বা শুকপাম পামদবা"

॥ ১৫ ॥

নংঙৈ, অদু কিশু-কিক্লৈ
থাঙগা ময়া নেৎপগুম্মী
হোংনবশু ইঙম ঙমদে
অচুম্ববু পামদবসি।

॥ ১৬ ॥

অচুম্বনা ওইবা থবায়
অচুম্বনা হিংবনিনা
অচুম্বগী বাখল অসি
হেত্তুনা তৌনীংঙকখিবনি।

॥ ১৭ ॥

অচুম্বা থাদোকপসিদি
ওম্ফোক্লা লুনা থোকখবে
মাঙগী মপোক্তুনা তৌখিবা
তপকী ফলনা ওইবা য়াদে।

॥ ১৮ ॥

অকনবা তপ অমুক্তশু
নৌনা কন্না তৌখিবনি
চহী মশীং খঙদ-মখৈ
অচুম্বা পাম্মক্তুনবা।

॥ ১৯ ॥

মদুতদা বানা ঙমখি
অচুম্ববু পামদবসি,
নোংথাঙ জগোয় হৈননবা
হাবী-জাবি ঙম্মনবা।

।।২০।।

মবিশুবা মপোক্তংশু
চাংয়েং অমমুক লৈবম্মী,
মায় পাক্তংবা য়াদবা।
" অবানববু পামজবা"

।।২১।।

মাগুগী মপোক অহুমদুগী
তপ- কী মহৈনি হায়গদ্রা
অবানববু পামজবসি
পংলু লূনা থোকখিদবে।

।।২২।।

অদুবু মী কৌবনিনা
অরানবদৈ লাপকে তৌকই
চুম্না তৌগে হেক্তা তৌকই
কন্না হোৎনৈ তৌদনব'।

।।২৩।।

মপোক্তুমা হোৎনব' তুংদা
ওমজবে চাংয়েং মবিশুবা
অবানবা তৌগে চপ লেপ্লে
ওইদবদা তপ নপ্লে।

।।২৪।।

মঙাশুবা মপোক্তংদি
থীনা হেক্তা লাক্লখবে
" নমা নুংশিকনু" 'সিনি
কয়া শাথীব্র' চাংয়েংনো?

।।২৫ ।।

'দুবু মসি'ই চাংয়েং অসি
মথং চাংয়েং ওইদৌবিবা
" নমা লৈবাক নুংশিদবা"
ঙম্নবগী চাংয়েং নেয়ে।

।।২৬ ।।

" ইমা লৈবাক নুংশিবদি
হাবী- জাবী তৌবা ঙম্মোই,
চাংয়েং অসি ঙমদ- য়াদে "
হায়না কন্না তকশীনবিবে।

।।২৭ ।।

য়াকুবনি ফনা কুইনা
ঙমদ্রগদি মকোক্তংগী
পূম্মৌ নৌনা অমুক হল্লু
হায়বক্কদ্রা কিজকুবে।

।।২৮ ।।

মদুতদি থোকহল্লবোই
" অমুক হল্লু" হায়হল্লবোই
কন্না হোৎনবগে লেপখি
ইমা নুংশিদবা তমখি।

।।২৯ ।।

ওস্থোকপগী চাংয়েংনিদা
মমা নুংশিদবসিবু
কনা ঙম্বা য়াওগ্লবগে?
কবম' জীব ঙমখিবগে?

॥৩০॥

ঐবু নাউপূবকপী ইমা
নুংশিরুনু হায়বসিদি
তোংজে মবীল অখূবদা
শামু লিংলু হায়বমক্তি।

॥৩১॥

ফনা কন্না হোৎনবশু
ইমা কাউবা ইঙম ঙমদে,
থাদা লাপ্পা চৎলবশু
ইমা হেন্না নকশিল্লক্তি।

॥৩২॥

অমুক্তি কাউগে খল্লিঙৈ
নীংশিংলকই থৌদোক অমা
মতম্পাক্তা পমখৎলগা
খোল্লাং ইনবিখিবা অদু।

॥৩৩॥

খংনীং নীংশিংলক্কুনা
ও খোংনা কপনীংলকখি।
পম্মাসন্দা ফমদুনা
তপ কন্না তৌবিঙৈদা।

॥৩৪॥

মপোক কয়া অবেম্বদা
তাগদবা লৈবনিনা
হোৎনদবা য়াদবনা
অকনবা তপ কন্না তৌখি।

॥৩৫ ।

অদূতদা ঙময়জবংশি
খজিক খজিক তপ্না তপ্না,
ইমা শুকনুং নুংশিখিয়ে
মপোক অদু লোইরকপদা।

॥৩৬ ॥

তকুকশুবা মপোক্তনস্তু
লৈবক্সী চাংয়েং অমস্তু
" নবৈবাক নুংশিরুগনু"
'সিবু করি চাংয়েংনোনে ?

॥৩৭ ॥

মদু'ই মপোক অদুদা
পোকউবিবা লৈবাক্তুংশি
ফজন্ত্রবা লমদম্
" ইমা সনা লৈবাক্তি।"

॥৩৮ ॥

" নবৈবাক নুংশিকুগনু"
হায়বা চাংয়েং অশিমদি
" নবৈবাকচা নুংশিকনু"
হায়বা য়ানি তমথীখ্রবা।

॥৩৯ ॥

লৈবাক্তুংগী মীশিংদুদি
ওন্থোক্লা হৌন' খণ্ডখবে
শুবা নোম্বনা কল্লিবা
মবুকচেনস্তু তক-তকই।

॥৪০॥

অশিংবশিংদা মখোয়’ হ্লান
শিজীন্নবি মীচৎশিংগী
লৌশিং লৌমানকা তৌবিদে
মরৈবাক নীংবা ঙাক্তনি ।

॥৪১॥

“ মখোয়সিবু নুংশিকনু
ঙম্লনবা হোৎনৌ ” ’সিনি
লোংথাঙ জগোয় হৈননবা
হাবী- জাবী ঙম্লনবা।

॥৪২॥

“ লৈমিন্নবি’ মীয়ামশিংসি
নকপ নপাং নচীন ননাও
নমা লৈবাক মচাশিংসি
’মত্তা নুংশিকনু ” ’সিনি।

॥৪৩॥

অশুক কনবা চাংয়েংসিদি
মৈগী চাংয়েং হায়বদুনি
ঙমদ্রগদি চাক্তৌবিবা
মৈগুম্বা তপ কয়া তৌখি।

॥৪৪॥

মতীক চাবা নহা মখৈ
লুশম লাক্লা ইম্মোকপিখি
হোৎনজবা হৈদোকপিখি
ইমুং লাখ লাখ মুথৎপিখি।

॥৪৫॥

ঝাচৎ ঝানোম তৌনিংদঝা
মীওইশিংশু তৌদ-য়াদ
ঝানোম কোমদা চোংথহনখি
লৈমায় খুদুপ মঙা নমখি।

॥৪৬॥

মদুতদা খজিক খজিক
তপকী মহৈ ফংবা হৌখি
মমৈদা ঙম্মে মায়পাক্লা
ইবৈবাক শুকনুং নুংশিখিব্রে।

॥৪৭॥

তবেৎ শুবা হন্দক মপোক,
মমাঙগী মপোকশিংদুদা
অকনবা তপ তৌবকখিবৈ
মহৈশিং পুল্লপ পৈবম্মে।

॥৪৮॥

অদুগীশু মথক্তুদা
হন্দকী মপোকসিদদি
মাদৌনা চাংয়েং ঙম্লক্লবা
মীওইশিংশু থেংনবে।

॥৪৯॥

মখোয়শিংশু মাশুম' ঙাক্লি
মাঙগী মপোক তরুক্লঙ্গা
অকনবা তপ তৌরক্তুনা
চাংয়েং পূম্বা মায়পাক্লবা।

॥৫০॥

মখোয়গা তেংবাংনদুনা
অরোইবৈ চাংয়েং 'সিমদি
পংলু লুনা থোক্লোইদৌরে
পান্দমশু 'মশা ওইরম্মে।

॥৫১॥

অবোইবা চাংয়েং অদুদি
" শেন্না লোইবে খনবা" সিনি।
'সিশু মীচম অমনদি
ঙমগদবা নংলমদবে।

॥৫২॥

মাঙগী মপোক তকক্লগা
মথায় খুবাক্তা হাপ্লুনা
মৈ ঈক্লবা মীওইতনা
ঙম্ব'ই বানি চাংয়েংসিশু।

॥৫৩॥

শুম্না শাংল' মপোক কয়া
অকনবা তপ তৌবক্লবা
তাঙল' মীওই খবসিদি
মায়থোং ইবং লংলবনি।

॥৫৪॥

তবেংশুবা মখোয়গী
হন্দকী মপোক অসিদা
মখোয়না তৌরিবা থবক্তিং
মখোয়গী তপকী মহৈদুনি।

||৫৫ ||

নোংথাঙ জগোয় শাবসিনি
হাবী জাবী তৌবসিনি
লৈনেৎ জগোয় শাবসিনি
শেঙ্গা- থুমজা তৌবসিনি।

||৫৬ ||

মখোয়বু ইকাই খুম্নসি
মখোয় বাংনা লৈসনু
নুংঙাই য়াইফ ওইসনু
মখোয়না পুঙশুপ শুপসনু ।□

(২৬ ডিসেম্বর, ২০০৯)

২৭

# কাপথোকখিবা

॥১॥

শোয়বা য়াদ’ পুজিসিদা
নোংমা মানা শোয়খিদুনা
কাপথোকখিবা মব্দদুনা
মাবু কোয়তান তান্নবিবে।

॥২॥

মিৎকুপ অমত্তুংদা কাপ্পা
মব্দ ’মনা পুজি শেম্মি
বাহে ’মনা পুজি’ই কায়নৈ
অমুক হঞ্জিন য়াদমখে।

॥৩॥

অঙাং ওই’গৈ নুংশিবিগৈ
লিংজেন পান্না হোৎনহৌদ
মতম হেল্ল’ কানসিদদি
নীংঙমদবে শোয়খিবদু।□

(২ এপ্রিল, ২০১০)

২৮

# ব্লাইথৌ শগোল

॥১॥

ব্লাইথৌদগী চেনখৎলকই
ব্লাইথৌ শগোল ইমাশিংনা
শদৌ থোংনা চেনখৎলকই
খুৎনা নৌগুম হোল্লদুনা।

॥২॥

চেনখৎলকই পুন্সি লাঙঙ
ঙাতোন লুকমায় কোত্তা থোংনা
নুংতি নুমিৎ খুদিংমক্কী
তেকপা য়াদে নোমতশু।

॥৩॥

য়ৌদ য়াদে সনাকৈথেল
ঙানা মশা তেক্লিঙৈদা
লেপ্পা য়াদে লম্মখাঙদা
মাইল তবাগী লম্বী লমশাং

॥৪॥

খ্বাঙশেৎ মচি লামশিন্দুনা
মায়গী হুমাং তৈথোকপা
লৎপ য়াদে তুগনি
য়ৌব কান্দা পোথানি।

॥৫॥

খাঙদা খাঙশেং চেৎনা লাক
কোক্তা ফৈজ্জা শাদুনা
লবাই কোয়বেল মৈমুক শা
চেল্লিবনি লেপ্পুনা।

॥৬॥

তপ তা'খৈ চেল্লগা
সনা কৈথেল য়ৌবকপদা
অরৈবীশিং হ্পচীল্লি
তম্বা লাকপা নংহৌদে।

॥৭॥

ঙাতোন অদুক য়াম্বদো
প্রপ প্রপ লাক্লখিদুনা
মিংনা কুপ্পদা লোইথোকই
অবা পূম্বা কাউথোকই।

॥৮॥

অফংবা খবা 'দুনা
চান-থক্লা লৈবগা
তবা লুকোয় হৌদুনা
য়োক্লিবনি মচাশিং।

॥৯॥

'শুম্না য়োকপা মচাশিং
মমা নুংশিখিবনা
মমা লৈবাক নুংশিবদা
মশা'ই ওইজ খিখিদে।□

(৪ মে, ২০০৯)

২৯

# অমুক হন্না পোকহনবিয়ু

।।১।।

চান্নববা মকপ- ও !
ঐগী শমু হকচাং- ও !
ঐখোয়নীমুক চান্নবসি
অতৈ কনা নৈবমখিনি ?

।।২।।

নৈবম্মবোই অতৈ অমা
হকচাং নঙদি ঐগীনিনে
থবায় ঐশু নঙগীনিনে
ঐখোয়নীদি মহাক্কীনি।

।।৩।।

নুংশিববী পলেম ইমা !
য়োকপিবকপী ইমানৈবাক !
অনী অসি ঐখোয়গীদি
থবায়দগী হেল্লবীনি।

।।৪।।

হাদ ইমা নুংশিববী !
হন্দক মপোক অসিদদি
অপোকপী ইমা'ই খোল্লাং লমন
শিংবা ঙম্মমদবেদকো।

॥৫ ॥

নুংশিববী ইমালৈবাক ।
য়োকশিবকপীগী লমনশু
অমত্তা শিংবা ঙম্মমদ্রে
নচা ঐদি নীংঙমদবে।

॥৬ ॥

ইমা নঙগী খোল্লাং লমন
শিংবা ঙমব্রা য়েংজবগে
পোকহনবিয়ু নচা ঐবু
মথংগী মপোক লাংওন্দশু।

॥৭ ॥

হয়েংমুকী মপোক্তদি
তবং লাইজ ঈশিং ওইনা
পোকহনবিয়ু অমুক হন্না
ইমা নঙগী নতম্পাত্তা।

॥৮ ॥

পাইজবক্কে ইমা'ই নাত্তা
সমুদ্রদৈ ঈহৌবগা
শেংদোকচগে নচা ঐনা
মোৎশিল্লম্বা ইমা'ই তম্পাক।

॥৯ ॥

কুমগী নোংদা য়াওজবক্কে
নচা ঐশু ঈরীক ওইনা
চুজবগে নোংলীক ওইনা
ইমা'ই খাল্লে লৌবুকশিংদা।

॥১০॥

হৈকোন লৈকোন চীংনুং মান্নুং
মহৈ মবোং চুম্লনবা
ঈচেল চেনবা য়াওজরগে
ইম্ফাল থৌবাল ঈরীল নম্বুল।

॥১১॥

জিরি ববাক শিকই শেকমাই
ঈবং ঈয়ৈ চকপী খুগা
লৈমতাক্কী ঈচেল ওইনা
ইমা'ই থৌগল তৌজবগে।

॥১২॥

চীংগী চীংমায় অঙশ্বদা
ঈশিং চাইবী ওইজবগে
ঈবীক ওইনা ঙাইজবমগে
খোয়নৌ ইতা চান্নবীশিং।

॥১৩॥

থক্ক' ঈশিং ফংদদুনা
বানা কংনা খাঙনবিবা
নচাশিংগী য়ুমথোঙ খুদিং
য়ৌশিঞ্জগে ঈশিং ওইনা।

॥১৪॥

ইমা নঙগী নচাশিংগী
চীংগী তমগী খুঙ্গংশিংদা
য়ৌশিঞ্জগে নচা ঐনা
অরূবা থক্ক ঈশিং ওইনা

॥১৫॥

পোকহনবিয়ু নচা ঐবু
তবং লাইজ ঈশিং ওইনা
নুংশিরবী ইমা নংগী
খোল্লাং লমন শিংজরগে। □

(৩০ জানুবরি, ২০১০)

## ৩০

## হায়জবা

॥১॥

তাইবংপানগী মপুবেন-ও
অচৎ-চত্ত পুম্নমক্কী
থবায় মিবেন ওইবিবিবা
খুকমজবি হন্না হন্না।

॥২॥

লেঙশিনবিয়ু মঙালগী মপু
তোল্লবা ঐগী পায়মনুংদা
ঙাম্মোইবিয়ু অপঙবা ঐগী
পুক্নীং বাখল লৌশিং ওইনা।

॥৩॥

থৌজানবিয়ু নুংশিবিয়ু
মীনুংশি চেনবা ওইহনবিয়ু
ঙমজনবা মতম খিবিক
মীপুম খুদিং নুংশিজবা।

||৪ ||

বাখল বাঙাং খুদিংমক্তা
নুংশি ঈবীক চেলহনবিয়ু
অশাউ ঈনিল য়াওহনবিনু
নুংশিবিয়ু খুকমজবি । □

( ৩ ফেব্রুয়রি, ২০১০)

৩১

## নক্তে মতমগী নুংশিং

||১ ||

ওম্বোক্লা কন্না শিংখ্রেদ- কো
হাদ " মতমগী নুংশিং- ও"
ফনা কুইবে শিংলকইবা
ঐখোয়গী ইবমদমসিদা।

||২ ||

উক-ক- ক লৈনা শিংলি
নোংলৈ নুংশিং অকনবসি
পুখংখবে লৈন- লৈনা
চেজেং চেকুম নুঙজ্রেং নুঙকুপ।

||৩ ||

বাংখংখবে অয়াংবশিং
য়াওখ্রে লোইনা নোংলৈসিদা
" মতমগী নুংশিংনি য়াওহৌরসি
নুংশিত্তা তোং'না বাংহৌবসি।"

॥৪॥

ঘুকল্লে লোইনা নোংলৈসিনা
মীরোল কয়া'ই ইমুং হপ্পা
কনাদা ৱাকৎলুগনি
য়্রো য়্রো খোৎনা খাঙবা নত্ত ?

॥৫॥

নত্তে শিৎলি' নুংশিৎ অসি
মতমগী নুংশিৎ নোং পুবা,
পু'না শিৎলি' নোংলৈসিনা
চেল্লাক চেনফোই মীকপ মীবাউ।

॥৬॥

নত্তে মসি মতমগী নুংশিৎ
তরং লাইজ অমৃত পুবা
নোংলৈনি মসি হ-পুবা
য়াওহৌবসি হায়নগুমসি।

॥৭॥

অরূম্বশিংদি মফম লেঙদে
চীংগুম নুঙগুম অদুম লৈনৈ
অয়াংবশিংসি খামজিল্লসি
নোংলৈ অসি লেপহল্লসি।□

(১০ ডিসেম্বর, ২০০৯)

৩২

# ইচা'ই জগোয়

॥১॥

স্বর্গদগী হৌরবগু
জগোয় অসি স্বর্গদদি
ফনা কুইবে উখিদবা
হন্দক্তি য়েংসি লেপ্লখবে।

॥২॥

ফজম্নবা মণি মাগুপ
অমবাপুবগী মাগুপ অদু
অমুক্তা হেন্না নৈতেংম্রে
জগোয় মাগুপ ওইননবা।

॥৩॥

জগত্তা অনী শুদবা
নীংথিম্নবা মাগুপ অসি
নৈতেংখবে ইহিং-হিংবা
হীবা মণি মুক্তাতনা।

॥৪॥

জগোয় শাবিবনবদি
স্বর্গ মালেম অনীমক্তে
মমিং চংপী জগোয় শাবী
চিংখদনা হায়জখবে।

॥৫॥

ফনা য়াম্না ৱাংলিঙৈদৈ
মহৈ মহৈ য়ৌনবক্লে
জগোয় শাবীগদবীশিং
জগোয় য়েংনীংবশিংশু।

॥৬॥

মাগী মাগী থুংফমশিংদা
চঙশিন্দুনা লৈনখবে
অৱাং- অপা লৈতনবা
শীনবিবম্বা শঙ্কায়শিংদা।

॥৭॥

ঐখোয়বোমদৈ ফনা য়াম্মি
জগোয় উংলো কৌবকপদু
চংমিন্নবা খবা য়াওই
আদা উনবশু য়াওই।

॥৮॥

চংশদি ইৱা ৱাদেদা
লাপ্লোই নীংব'ই ৱানি লাপ্তে
লমজিংবিবা লাকপদুনা
ফিজত অমা হাইদোকপনি।

॥৯॥

ফিজতদু হেক হাইদোকপদা
স্বর্গ'ই মরোল অদুম লৈরে
ঐখোয়গা ইনক নক্লনা
উনদবগী ৱাদনি।

॥১০॥

হান্নদি খল্লুই ঐখোয়না
করম্মবু চঙৌবিনো
হকচাং থম্মম্মু হায়বদ্রা
লৈগী দোলাই থাবকদ্রা ।

॥১১॥

অদুগুম্বা শুঙৌ তৌদে
তাকপি, স্বর্গ হায়বসিদি
ঐখোয়সিদা অশুম লৈ
ফিজঙতনা খনবনি।

॥১২॥

স্বর্গ মালেম অনী অসি
য়ুম্লোন্নবা চান্নবনি
চঙনদবা হায়বা লৈতে
মিকুপ খুদিং ইফাও ফাওনৈ ।

॥১৩॥

জগোয় শাবো হায়বিবকপা
কৌবকপদি ইচানিদা
ঐদি ইচা শেন্ননবা
য়াওদ য়াদা কৌবকপনি।

॥১৪॥

ঐখোয় শোমদৈ চৎপশিংদু
আদা লুনা তৌবিরম্মী
ইন্দ্রানীগী শঙ্গায় নাত্তনা
শীনবিরম্মী লৈফম- চাফম।

॥১৫॥

অহিং নুংথিল হায়বা লৈতে
চঙথোক চঙশিন ইয়া য়ানৈ
অমগীদা চঙবা থিংদে
চেকপল শম্বল ইখা খাদে।

॥১৬॥

নোংমা নীনী লৈবকপদা
মফমদুগা চূশিন্নবে
লৈবম্মীবশিংদুনশু
অতোপ্পনি খনবিদবে।

॥১৭॥

জগোয় নকশিন্নকপদদি
নুংশা অশুম থীজিন্নকই
ইচা'ই জগোয় কবম তৌনি
শোয়বা লাকপা য়াওগদবা।

॥১৮॥

ইমাই- চা জগোয় ঔবাই
ঐখোয় থুংফম কোনুংদুদা
" 'বেম্মা পুক্লীং ঈংনা শাউকো
নমিৎ ননা চোইথোক্কনু।"

॥১৯॥

" থম্মোয়নুংদা চেৎনা কোল্লু
ইমা লৈমরেল শিদবীবু
ঐখোয়বু নুংশিবিবা ঙাক্লি
নুংশা কৈশু থীকগনু।"

॥২০॥

জগোয় শাদৌ নুমিত্তুদি
ঐখোয় পূন্না খোঙদোইমিন্নৈ
য়ামখরেদা তিল্লম্বদু
মরোল অনী পূল্লম্বনি।

॥২১॥

পাক চাউত্র মাগুপ অদু
অয়েংবনা পূমথল থন্নি
নীংথিজবা ফমফম্লাংশিং
লোইবোই লোইরোই ৱাংখৎপনি।

॥২২॥

ময়ায়দনা জগোয় শাফম
ফম্বাক অদু ফজম্রেদা
উননবা মায়কৈ পূম্বদ'ই
নেমতক তৌনা শেম্মিবনি।

॥২৩॥

ঐখোয় ফমফম তাকপিদুনা
ঐগী ঐগী ফমফম্লাংদা
ইরেঙনা ফমথনবে
অপান অপিন ফমফম্লাংদা।

॥২৪॥

ইন্দ্রদেব মশামক্তা
তাণ্ডবলদগী লেঙখত্তুনা
মৈরা চুখৎ' হৌদোকপিরে
শাবিজাত লৈনম খিকথদুনা।

॥২৫॥

তপ্পা তপ্পা জগোয় হৌই
অঙ্গরাশিংগী জগোয়না
অঙক- অঙকপা জগোয়শিংনা,
মাঙ্গল অদু চেকমোক লাউদে।

॥২৬॥

জগোয় খরা উৎল্ল' তুংদা
ঐখোয় মতাং য়ৌব' মাল্লে
ইচানুপী কৌথোবকই
" মালেমদগী থোইবী" হায়না।

॥২৭॥

ঐনা তপ্পা হৌগত্তুনা
ইচানুপী'ই মখুৎ শম্বি
জগোয় ফম্বাক তান্না থিনবি
খংনুং নুংশিবকই ইচা।

॥২৮॥

ফম্বাকথত্তুনা কাখৎখবে
ঐদি হল্লে ইফম লাংদা
মিহুন থাহুন শুদ' মখৈ
ইচানুপী য়েংনা ফম্মে।

॥২৯॥

তপ্পা হৌই ইচা'ই জগোয়
পুঙগা শেনগা লৈমা জগোয়
খুৎকা ঙক্কা থম্মোয়গনা
মায়কৈ মরি কোনশিঙরি।

||৩০||

ঈংনা ঙানবা মঙান্দুদা
ইচানা তনিক তনিক্লা
নোল্লুকচনা জগোয় শাই
শ্যাগৎচবি নৈমা জগোয়।

||৩১||

থম্বাল নৈখোক ফনেক থক্তা
মোইরাংফিনা খ্বাঙশেৎ শেৎলি
বেশম ফুবিৎ মথক্তনা
থবানমিচাক লীকথাঙ পবেং।

||৩২||

কোক্কী নৈতেং কজেংনৈনি
উবেকশেক্লা তনিক তনিক
খুদাং পাম্বোম খুজিশিংনি
কেবা মান্দ কেজবনি।

||৩৩||

মায়কৈ তবা কৌশিঙবা
থৌগল জগোয় শাগৎলকই
মতাংদুদা মাঙপ অদু
ঈথক ঈপোম হৌগৎলকই।

||৩৪||

খোঙগী খুৎকী ঈপোম নাইনা
থম্মোয় শুম্না পেনা শকই
বিহৈ- বিহৈ- বিহৈ- বি
ঘিন্- খেন্ তাঘিন্ন খে।

॥৩৫॥

থিন্নথে থিন্নথে থে -
রি- রিহৈ- ক  - -
ময়াম পুন্নপ হৌগত্তুনা
ফজে ফজে লাউনরকই।

॥৩৬॥

বা- বা- বা খোঞ্জেলতনা
সমুদ্র ঈবাউ খোনগুম্মে
ঐদি ইপা পাখৎচখি
লবাই লুত্তোন শাৎখি ঐদি।

॥৩৭॥

ইচানা কদোম চৎল্লবা
য়েংউবদা উবকই
মবুংনা মচন থোইবীবু
ওজা'ই শঙ্গায়দা থিনবিবদু।

॥৩৮॥

" ইচনগী জগোয় ফজল্লেদা
ওসিদি ওন্তানা থিনবিনি
ওজা ইং'ঙোগী শঙ্গায়দা
য়াবিবে, হায়নবম্মবনি।"

॥৩৯॥

নোংমদি ইচানা-" ইমা !
ওসিদি ঐখোয় কোলেজগী
ক্লাসশিং ওস্তানা লোইগনি
বেমবেম থিনবা নং'না লাক্লে।

॥৪০॥

" বেমবেম ! নঙশু লোইশিল্লম্মো
নত্রবদি য়াবোইদৌনি,
নঙগী পেনা হায়বদুশু
হল্লকপদা য়েংঙক্লগে।"

॥৪১॥

মচন্না- " হোয় হোয় তামোকো "
" হোয়দা হোয়দা লোইশিল্লম্মো।"
মমিং খংচিল্লম্মগা
থোকখিবনি থোঙাল্লোমদা।

॥৪২॥

ইচাদু শুকহন হল্লক্তে,
নুমিং তাফাও লাক্লবদা
য়ুমদা লৈবা ঙম্মক্তবে
কোয়চেন চেন্না থিবে ঐখোয়।

॥৪৩॥

লাক্কব্রা লাক্তে ইচাদু ,
হংবা য়াবা মখৈ হংঙে
কনাশু উই হায়খিদবে
ইমা'ই নিংথেম অতাঙবদু।

॥৪৪॥

থাবল মুংশি মুংশি থোকপা
অহিংদুদা কোয়চং চংখি
থব্রানমিচাকশিংগা ঐগা
কপমিন্নখি অহিংদুমা।

।।৪৫।।

বানা ঙাইবা অয়ুক্তন্দি
ঙকল্র' গাড়ী অমা লাকই
হায়বৈ- " ঙবাং অথেঙবদা
পাউদম অমা পীবৈ আদা।"

।।৪৬।।

" গাড়ী মবি লাক্লম্মগা
নচা'ই হকচাং থম্মম্বনি
মখোয়গা কাপ্লবনি হায়
মশাদৈ খূৎলায় ফংঙি হায়।"

।।৪৭।।

ব্রজনা থাবে পাউদুনা
ইচা'ই থোৎলবা থবাক্তনা
বুটনা নেৎলমগদবা
ইচানা " আ: ইমা ! ইমা !"

।।৪৮।।

মমা ঐবু কৌবমগনি,
ঐগী মাঙদা ওইবম্মদি
ইচাদি মবাল লৈতবনি
অচুম্বনি উৎলমগনি।

।।৪৯।।

অচুম্বনা থৌনা পীনি
থবায়না পোত্থা ওইরমগনি
মদু থোকখিদবেদকো
মমা ওইবা ঙমহৌদবে।

॥৫০॥

মচনগী নাক্তা লেপ্পা উখি
ইমা'ই নিংথেম অতাওবদু
" ইমা'ই 'বুংঙো ! ইমা'ই নিংথেম !"
ইচা কৌনা কপথোকউরে।

॥৫১॥

'নাক্তা ফম্লি' ইচে 'মনা
লেংজুম পায়না নোম্মকপদা
ঐহাক খংনীং নীংশিংলকই
মফম অসি ইন্দ্রলোক্তি ।

॥৫২॥

তিম্লিবা পূম্বা ঐওোম্লোমদা
ওনশিন্দুনা য়েংলম্বদু
ইন্দ্র ইন্দ্রানীশু য়াওনা
হৌজিক্তা ফাওই ইশাদা।

॥৫৩॥

ঐহাক তপ্পা হৌগত্তুনা
ইচানুপী লৌশিল্লুরে
মমাম পূম্বা খুকমজখি
মাওপ মায়কৈ মরিমক্তা।

॥৫৪॥

ইমা'ই- চানা খুকমজবা
লৌবিখি লাইয়াম পূম্বনা
মাওপ থন্না তিনবিবিবা
স্বর্গ মালেম অনীমক্কী।

||৫৫||

জগোয় উৎপা লোইববদা
ইমা'ই- চাত্ত কৌখৎপিবে
জগোয় ফম্বাক মথক্তুদা
ইন্দ্রদেব লেঙখৎলকই।

||৫৬||

ইন্দ্রানীশু অক্সবাশিংশু
ফম্বাক থক্তা লেঙখৎলকএ
ঐখোয়বু চেজেৎ কোনশিনবিবে
থাগৎপিখি ঐখোয়' জগোয়।

||৫৭||

তাকপিবে গুসিদি লৈথবো
সনা শঙ্গায়দা লৈহল্লে ;
থিনবিবে মথংগী নুমিত্তা
মালেমদা ঐখোয় পূম্নমক।☐

(২২ মার্চ, ২০১০)

৩৩

# নোংবৈ

॥১॥

মতম কুইনা ইরৈবাক্কী
পুৱাবীদা য়াওবক্কবী
কাংচুপতগী কংলা তম্না
চেল্লক্লিবী ইমা লম্বী।

॥২॥

য়োক্লি মানা মচাশিংবু
মনঙন্দা পোবিদুনা
অৱা- অনা থিবিদনা
চাবা তম্বি মচাশিংগী।

॥৩॥

মৈদিংঙু শিংনা পাল্লিঙৈদা
লম্বীনা মপান ফবিঙৈদা
লৈবাক্কী মপু নিংথৌশিংনা
লম্বীসিদা ঙাম্মোইবিখি।

॥৪॥

লেঙথোকপিখি য়াইশথঙনা
সনা'ই তাইবোং ফম্বালনুংদা
খোঙমী লাম্মীগী মাঙদা থা
অঙম অথৌনা থৌগল তৌ।

॥৫ ॥

লেঙথোকশিরকখিবগুম
ইন্দ্রদেবরাজনা
লাইয়াম সভা লোয়ননা
সোরারেনগী লম্বীদা।

॥৬ ॥

কংলা মনুং চঙম্বগা
লম্বীসিনা চুপলুবি
মিৎলু পিবাং শিম্নুনা
ঙাঙ্গোই পবেং য়াইওইবা।

॥৭ ॥

ইমালৈবাক লৈশ্রেন্না
মঙকশমদা থোল্লম্বা
লীক্লাং চোইনা তাবিবা
খুঙ্গত্তুনা চুপলুবি।

॥৮ ॥

সনা হাত্তুক কয়াদা
পাল্লম্বা ইনিংথৌশিংগা
শকখঙ মায়খঙনহৌবা
উজাউশিংগা চীল্লোকনৈ।

॥৯ ॥

কাউঙমদ্রবা বাবীশিং
পামেলশিংগা লীনবি
কংলা মনুং অসিদা
অচিকপা মফম থিদুনা।

॥১০॥

হৌজিকশু চিল্লি লশ্মীসি
চিৎন- চায়না শুমদ'মখৈ
মায়কৈ খুদিংগী মীয়াম্না
কৈথেলশু ওইনৈ লশ্মীসি।

॥১১॥

ইমাদা কেথোকচবশুম
শুম্ন- শুম্ন' হোৎনজবি
ইমা লশ্মী মথকসিদা
হিংন- লশ্মী ওইনবি।

॥১২॥

নুমিৎনা চীংয়া থাংশুকপা
তময়ানা কোবী চেল্লকপা
নোংজাবিনা কুচু লোক্লকপা
নুংশিবকপা মতমদুনি।

॥১৩॥

লশ্মী হেন্না চিনশিল্লকপা
খোইবেন মশা পাইখৎলকপা
কাবকপগা কুম্মকপগা
চায়নবকপা তাঞ্জাদুনি।

॥১৪॥

তাল্লকসিদা হল্লকই
মহাবানীথোংলোমদৈ
খোঙনা সাইকল ইন- ইন্না
নোংপোক পাংনা মকপকা।

॥১৫॥

খঙ্গাংননা তুমিন তুমিন
বারী থোইনা শানদনা
মীয়াম মীরক খায়রদুনা
লম্বী ময়ায় ওইরপ চৎলি।

॥১৬॥

তাল্লকসিদা প্রোক প্রোক প্রোক প্রাক প্রাক
ইনক-নক্লা মাঙলোমদা
নোংমৈ কাপ্লে মখোল তায়
মায় থাঙ্গৎ' য়েংখৎচকই।

॥১৭॥

কৃক কৃক ইন্ন' তিল্লম্বা
অদুক য়াম্বা মীয়ামদো
মিৎনা কুপ্লে মনুংদা
চেনখ্রে শ্বাই কায়খবে।

॥১৮॥

নোংমৈ মখোল থাঙহাইনা
শৃৎ নান্না তকথোকখবে
ঐখোয় মিৎমাঙ মত্তুংদা
নাকল য়েৎলোম ওইরোমদা।

॥১৯॥

নোংমৈ মখোল শহুমদুনা
অকংবা উনা মীয়ামদো
পুল্লপ ওইনা হুমদোকপ্লে
লম্বী ঙাত্তা তাহৌরে।

॥২০॥

নোংমৈ মখা তাবক্তে,
ঐখোয়দগী ওইবম্মোই,
ঐখোয়নী 'দুম চণ্ডশীল্লি
মিহুল চেঙ্গুম চেঙ্গাননা।

॥২১॥

মোংফম্মুক চীকপদুদা
তুমিন অদুম চণ্ডশিল্লি
নোংমৈ কাপখি মায়কৈদা
ব্রা-বাং ইণ্ডাঙ ঙাঙদনা।

॥২২॥

উদে মীশক অমত্তা
লম্বী মথক অসিদা
ওইবে পাকস্ত্র' লম্বীসি
ঐখোয় অনী খত্তংগী।

॥২৩॥

খবা চণ্ডশীল্লকপদা
নোংমৈ হীদাক মনমদু
কুণ্ডনা হেত্তা নম্মকই
নোংমৈ কাপথোকখিবগী।

॥২৪॥

অশোনবা হুই অনীখক
তপ্পা তপ্পা হন্দোকখি
" মনমসিদি" হায়মাল্লে,
ঐখোয়দি থোইনা খল্লুদে।

॥২৫॥

অশুম চঙশীল্লকপদা
থবায় য়াওদ্র' হকচাং অহুম
উতুপ তাগুম তাবা উই
লম্বী মতাই ওইবপ্পা।

॥২৬॥

ফজন্নবা তাইবংপানসি
মখোয়গীনি খঞ্জবম্বা
খুদক্তা লোইপ্লে মখোয়গীদি
মবাল শুক্লে লৈজদনা।

॥২৭॥

ঐখোয় য়ুমদা হনবা লায়বি
নোংলৈনা হুমদোকপিখিবা
মীয়ামদু কমদৌবমগনি
হন্না য়েংউখি'তামাল্লে। □

(৩ ওগষ্ট, ২০০৯)

## ৩৪

# মৈরা

॥১॥

থবক থিবিবা লিশিং লিশিং
নুপা নুপী তুংগী য়ুম্বী
শামু তবা'ই হাবী- জাবী
থোঙ্গৎপিদুনা ঈবোই ওনখবে।

॥২॥

য়াম্ফক তাবে নুঙ্গায়বগুনা
চপশিল্লকই অশুম অশুম
শব্দ ঙাক্তনা ঙায়শিল্লকই
মমিৎ শুম শুম লাওথোবকই।

॥৩॥

অমম্বা মবক অসিদা
মৈবা অমা পাইশিল্লকই
এম পি এস সি বোমদগী
য়েংলৈ তাবিবা ময়ামসি।

॥৪॥

করপশন থাওশাংনা য়ানখিবগী
থাওফম খুদিংগী কারিবা চীনবান
কাথোক্তুনা পাউদল্লকই
নহান মখৈ হায়দোক্তবা।

॥৫ ॥

লীগদৌমখৈ লীববা তুংদা
চীনবান অনী অনীদুনা
মখাতানা পাউমেল্লকই
মৈবাদুগী মফমদুদা ।

॥৬ ॥

"মৈবা নঙদি মুৎপিখিনু
লোয়শঙ খুদিংদা চুখৎপিয়ু
মৈবা পবেং পূমঙান ঙান্না,
শকপিয়ু "ইমা ইবমদন্নি।"

॥৭ ॥

"পুকচেল চাউবা নুংশিহৈবা
ইমাগী মচা অশেংবা-ও
শেঙ্গা পূমজা কবপশন্না
ঐখোয়গী ইমা কপহল্লেনে।"□

(১২ জুন, ২০১০)

(শৈবেং অসি MPSC গী Press Clarification No. 7/1/2010/ MPSC (DR) dated 8/6/2010 খোকখিবা মতুংদা ইজবনি।)

৩৫

# ঐখোয়গী যমুনা

॥১॥

দেবব্রত ভীষ্ম পোকপী
হাদ ইমা গঙ্গা দেবী।
শিবনা কোকথোংনরিবী !
নঙগী ৱাবীদি লংখবেদা।

॥২॥

ঐখোয়' যমুনাগী ৱারী 'মশুং
লীজগে ইমা নফমলাংদা
নঙগী কোলোয়দি য়ৌবিবনি
ভারত মহাদেশ শীনবা থুংনা।

॥৩॥

ঐখোয়' যমুনাদি নুমিৎ থা অনী
মপাবী ওইনা পমজবিয়ে
মাঙগী তুংগী মতম 'নীমক
পুন্নবি যমুনা'ই মতম্পাক্তা।

॥৪॥

মপাবী অহল পোকপা কুমদা
যমুনা'ই মিৎ উখিদবে
নুমিত্তুদৈ ফংখি কোরৌহনবা
পুমঙান ওান্না মথানুংদা।

॥৫॥

মপারী অতোনবৈ নুংশি শক্তম
য়েক্তূনা থমখি মথম্মোয়নুংদা
ওইবে মপারী অনীসিনা
মমা যমুনা'ই পুন্সিগী পান্দম।

॥৬॥

নোংমদি যমুনা'ই মপুবোইবা
নোম্বা কনবা থম্মোয় চাউবা
থোকখি মাগী শিনফম শুবা
মহাজনগী গাড়ী থৌকুনবা।

॥৭॥

ঙস্তা হঞ্জিল্লক্কদবনি
যুমগী থবক তৌবনবা
মচা অনীগী যমুনাগী
অৱাৎ- অপা য়েংশিন্নবা।

॥৮॥

অদুবু মাদি হল্লক্তবে
থেংলবা ফাওবা লাকখিদবে
ঙাইখি যমুনা মচা 'নীগা
মপুবোইবা হঞ্জিল্লকপা।

॥৯॥

অয়ুক্তদি অকিবা পাউ অমা লাকই
যমুনা'ই মপুবোইবা ইঙন- ঙন্না
ময়ুমলোমদা হল্লকপদা
বাংঙু লমখায়দা কাপ্পুনা হাৎস্ত্রে।

॥১০॥

যমুনাদি নল্লে কোকথত্তা
সোবাবেন কিম্থবক্তুনা
লৈবাক পুম্বা কপ্পরি
অবা ইপাত্তা লুপ্পবি।

॥১১॥

চেল্লি যমুনা'ই পুল্সি ঈচেল
কল্ল' লুব' ঈপাক ওইনা
ইমা যমুনা'ই পুল্সি ঈচেল
থম্মোয় কায়বা পুল্সি বাবী।

॥১২॥

হাদ ইমা যমুনা দেবী!
নঙগী শুন্না মন্দিব ওইনা
হৌগৎলক্লে নঙগী তোর্বান্দা
মতমগী তম্পাক লৈকোন্নুংদা

॥১৩॥

মীনুংশিগী অচুম্বগী
থৌনা ফবা অখাঙ কনবা
লৈবাং লৈবেন উবৈশিংগী
পুমলং লংবা লৈগী মন্দিব।

॥১৪॥

মন্দিবসিগী লৈগী লৈনম
মীনুংশিগী নুংশি পাউজেল
মালেম শীন্না হুমখিগনি
ইমা যমুনা'ই বাবী পুনা।

॥১৫॥

ইমাগী লৈগী মন্দিব অসি
লৈহৌবনি মালেমসিদা
নুংশি লৈনম য়েল্লদুনা
নুমিৎ থানা লৈবি'মখৈ।

॥১৬॥

হাদ ইমা গঙ্গা দেবী !
শিবনা কোকথোংনবিবী !
পুবিখো ঐখোয়' যমুনা'ই ৱাবী
ভাবত মহাসাগব তান্না।□

(১৮ জুন, ২০১০)



অইবা - লিশম ববীন্দ্র ( ১৯৩৪- )
মণিপুব জুডিশ্যাবিদা জজ ওইনা (১৯৯৬ ফাওবা) লৈবম্বদগী মণিপুব হ্যুমেন বাইটস কমিশনগী মেম্বব ওইনা (২০০৩ ফাওবা) লৈবম্মী।

লৈফম - শিংজমৈ ৱাইখোম লৈকায়, ইম্ফাল -৭৯৫০০৮

(পব্লিশব)